# মৈতৈ জগোই

( অশোইবোল )

[ অহানবা শরুক ]



শ্রীথুংনম্বম য়াইমা সিংহ

# মৈতৈ জগোই

( অনোইবোল )

(অহানবা শরুক)

সম্পাদন তৌজবা :

শ্রীখুমনলম্বম য়াইমা সিংহ

রাজ পণ্ডিত।

[illegible]কপুবা কল্লবা

মমল লুঃ ৩·০০

অকোঙবা :—
শ্রীইরোম অমুবী সিংহ, পণ্ডিত
খাগেমপল্লি পনবক।




অহানবা কোঙবা
১৯৭৩—ইং, সেপ্টেম্বর
কপী—১০০০

ছাপা নঙ্কম :— মণিপুর গীতা প্রেস, সিংজমৈ ইম্ফাল।

# বাহৌদোক

মৈতৈ লগোই (অনোইরোল) ইজাতিগী শাগোন্নরুব হন্দোকপ য়াত্রব লৈবাক অসিদ খুন্দা-লম্নতাহুন লৈরকউঁ অমদি লৈশেন্ন, তেংবানবগী মপুনা করম লম্নশেম্নকপ অমম্থুং থন্নাম্ন পানবশিংবু শেম্নকপগী মওং, মীওইব ঐখোয়না মখোম্নগী মতিক মঙল পুম্নবু খঙলক্লবদ মতৌ তমহুন, হন্নাউব মুংঙাইব ফোঙদোকপগী মওংবু লগোই ওইন শাহুন, জাতিগী মনাৎ ওইন ঙাক্লক্লি। মসিবু অনোইরোল হায়না খঙনহুম লাই হন্নাউবগী থৌন্নম অসি মথল কম্ন থোক্ল থান্ন। অসিদ নত্তনা মৈতৈ মন্নেক্ত ইঙ্গুন অহল-লম্মনশিংন থম্নিব্ন অনোইরোল পুম্না কম্নামা চুমশিন্নবদ করিগুম্বদ থন্ন-থজিক থেন্নব অন্নাৎ অহেন য়াওবম্থ থেংনদব নত্তে। অহুগ জাতিগী ওইনম্থ শঙলেন, লংমাই, ফুম্না হায়হুন কৈহুনমক্তদ তোংঙাম্লি অনোইরোল হায়বসি করিনো? মসিদ করি য়াওরি? মসিন ইজাতি অসিগী করি শরুক য়ারকপগে অমম্থুং ঙাক্লকপগে হায়বগী ৱাকম অহু ইরৈবাকচা পুম্নমকা খঙমিন্ননিংহুন লাইরিক অসিবু সম্পাদন তৌজবনি।

লাইরিক মচা অসিদ চেংলৈগী পাম্থোইবীগী, চকপগী, মোইরাংগী, সৌপোন-লাইরৈমগী (অঙোমগী) অমদি থেন্দোরোলগ কোম্নব ঔগ্রাগী লাইরোলগা লৈনম্নকপ মম্নী অহু করিনো

হায়ব তান্নব অমদি শন্নোন্নব হৌংনজবদ ঐগী ইচা শন্নব শ্রীওইনাম তোগেশ্বরনা য়াবমথৈ অরাব কয়া খাওজুন মতম মাঙ্না মথৌ থাদোক্নুন পুন্সনৌ নৌনা লাইব্রিকী মওং তা-নবা হোৎ-নখি। লাইব্রিক অসি নম্মব শেলগী মতেং লাকপদ মনিপুর সরকারগী মহৈ লৌয়শঙনা শেলগী মতেং পাংবিরকপদগী পুখোকপ ওমজক্রিবনি। লাইব্রিক অসি কোওদোকচগে থজবদ কোওনবগী লশ্বী লমযান্ব শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট লাইব্রেরী মণিপুর সেক্রেটারিয়েট লাইব্রেরী, অমসুং মণিপুর সরকারগী মহৈ লোয়শঙগী কর্ত্তপক্ষ অদুগ শ্রীমণি সিংহ গীতা প্রেস মেনেজর, শ্রীইরোম অমুবী সিংহ থাগৎপলি অদুগ শ্রীতোগেশ্বরগী মকম্দ তৌবিমল খওব উচ্চরি।

শ্রীখুমনথেম য়াইমা সিংহ

# মৈতৈ জগোই

———∼∼∼0∼∼∼———

## ( অনৌইরোন )

পোংথৌরোন থৌনি কৌবা লাইহরিক্তা হায়, তাইবং পানবদা অহানবদা হকচাংসিনা লেংগলকপা অদুবু নোইবা কৌই, জগোইনি। অঙাং চোংবদা তাদিং-তাদিং, তিং-তিং হায়নরিবা অসি অহানবগী পুংলোমনি, অহানবা খোন্থোক্লা ঈশৈনি। অঙাং চোংবদা "মুন্নিংনা কারিতৈ কাহৌরো, থবীনা রাংলিতৈ রাংহোরো, চাউরো শাংও" অসিনা ঈশৈগী মরোন অহানবনি।

খুংগীগা খুদোনবীগা মতোন অনি শম্মনা কোনববু চগো কৌই, কোল্লিবা অদু অহানবা তাইবংপানবগী মপূগী মশক্নি। পালাগী পরেং শানা কোয়রিবা অসিসু লিলগী মশক ওইনা অহানবা লাইগী মশক্নি অসুম খঙলগনি। মমু তাইবং মীওইব-শিংগী চান-থরবগীদমক ইমা লৈমরেন শিদবীনা সনা-শুকলেন পায়রগা কৌ-তুরবগী তঙ্গা শাথেক অদুবু মেনজাউ কৌই। মেন হায়বদি লৈমরেনবু হায়বনি। কৌ হুনবা লৌ য়ানবা অসি লাই মুরা লাই পাখংনা হোদোক্লমই। অসিগী শাথেক খুৎলোন খোঙথাংবু কূপ্পা খাংমে হায়বগী মেনকুপ কৌই হায়বদি লাই মুরাশিংবু মেনকুপ কৌই।

কৌ শুবা লৌ য়ানবা অসিনচিংবা শূথিবা থবকশিং অদুগী মতৌ তম্নগা শামবদা থবক অদুগী মশর্ক মাম্নবা শাবগী মরম্না জগোই শাবা হায়নরি।

## অনোইরোল জগোইগী মওং

অহানবা লাইগী জগোইদগী তাইবং মীওইবনা মথং মথং তম্নগা শমথরকপা অহানবগী শৈরেং অপূনবা লেংবা অমাইবদি শোংবু চিয়াইতাওবনি। অমাইবী কোয়ৌ নোংতংলেংবী থাবীনা লেংবদি খুৎলোন খোঙথাংগী মওংদুনি।

১। খুৎপীগা খুদোম্বীগা মতোন অনি কোনশিল্লগা শম্নবা অদু চগো শাবা কৌই। মমৈ মকোক নাইনা কোয়রক কোয়না শোন্নবু চগো কৌই। চগো অদুগী মওং শাবগী চগো শাবা কৌই। অদুগা অকোয়বা পালাগী মকোয় অদুম্থু চগো শাবা কৌই। চগোদগী কোয় হায়বগী জগোই কৌই।

২। খুৎচা মথানা থেকুনা শাবা জগোইবু অনোইবা কৌই।

৩। হকচাং খেয়া খোয়না শাবা শাথেকী জগোইবু কোইথা কৌই। নোইবা অনোইবদি নোইয়ে হায়রগা অনিমক থঙলে।

৪। খুৎ খিন্নবা, হাইবা, খুৎকী খুদমনা য়া-মরোল থঙনবা পাউথোংনা শকপা ঈশৈ অদুবু পাউশাবা হায়নগী পাউশা কৌই।

৫। খুবাক খুরগা খুৎথেক খোঙথাংগা কোয়না খোঙকোপ চানা শাবা জগোইবু যেনকো কৌই।

৬। খুৎ শম্বরগা পরেং শানা কোয়রগা চোংবদা লাইগী পাউতাক ঈশৈ শক্লবদি ঔগরি (ঔগ্রি) কৌই। ঔগরি লাইরোন শক্লবদি খোঙ লেঙহৈদে। ঔগরি হংগেল শক্লবদি খুদাং হংচি" পায়না শম্বরগা শক্লনি। "হং চেং কোয়েন" হায়না ঈশৈ মথৈ তাগনি। খোঙথাং কায়হৈদে।

৭। শাগল কাঙথৎলগা কন্দোক্লা খুৎ হাইবা, য়েৎলমদা হাইরগা উপ্পা লয়্বা, ওইরমদা হাইরগা লোংনা লয়্বা চোং-থোক চোংশিন মেৎপা পাকন্গী মথৈক্তা 'চোংবা' খোঙথাং কায়-দনা মথং মনাঙ নাইনা চোংবা অসিবু চোইরিক থেঙ্গো কৌই;

৮। পাম্বোম নাম্মা কোয়লপ তৌনা থাজৎলগা শাবা জগোইবু লীক্ল শাবা কৌই।

৯। খুৎ অনিগী খুৎতোন মগা নিপালসি শম্বরগা খুৎপী অনি য়েৎশিনবা অদুবু লাইক্ল শাবা কৌই।

---

N. B.—মথল মাপল অসিদগী জগোইগী খোঙলোল খুৎলোন পুথোকলকই, শোংবু চিয়াইতাঙবদি সনায়হিনি। অমাইবী থাবীদি পাম্বোইবীনি।

# জগোইগী শিজিন্নকম

১। লাই হরাওবদা অহানবা লৈশেম্বগী মওং, হক্চাং শাগৎপগী মওং, মীওইবগী লৈনবা য়ুম, শেৎনবা কি অমিন-চিংবা শাবা শূবগী শূৎথেক শাথেক মওং তম্না শাবা জগোইবু লাইবৌ কৌই।

২। হোঙবেম্বা—চাক পীজবা মরাঙ কায়না হোঙনা-চাউনা নোম্লুক্না য়াম্না কৎপা, মী পুম্নমকপু পেলহনববু হোঙবেম্বা কৌই, অতুপা কৌ শুবা, চেঙ থপ্পা, চেঙ চোইবা, চেঙ থৈবা অসিগী মওং মতৌ তম্না শাবা জগোই অদুবু মেন শাবা কৌই।

৩। উক্রোঙ হোঙবা—মেন জগোই শাবগা উ কারোং পানবা অরাংবা অমা য়ুংখৎপা অতুগা মী পুম্নমক্কা মরাং কায়না হোঙনা চাউনা পীজ-পীথকপা অদুবু উক্রোঙ হোঙবা কৌই।

৪। হোঙবা—লুহোংবা, লাইশঙ হোঙবা, থোং হোঙবা, পুখ্রি হোঙবা অসিনচিংবা হোঙবা খুদিংমক্তা লৌ য়ানবা লৌ-ছনবা লৈকুপ শীবা অসিনচিংবা লৌউবগী মওং মতৌ তম্না খুৎকী শাথেক শাওংনা শাববু মেনকুপ জগোই কৌই।

৫। "জগোই লেপলো-শা, খুবাক ভাবুংখু চয়ে মকা কোংনা নোইয়ে" হায়বা জগোই অসিদি মী অমনা চিংলগা মীয়াম চঙহনা ইতম-তমদনা য়েংলগা হেক্তা শাবা ওম্বা জগোই অসিবু লেপলৌ জগোই কৌই।

৬। 'তুবু শানা নোইবে'—মকোম্ ওইনা পরেং শানা চৎপা, অমনা লাইরেল মথেক চৎপা অদুবু তুবু শাবা কৌই।

৭। "মারগৈ লাক্লা নোইবে"—পালা কয়গা অমা-অনিনা নাক-য়েৎ মাঙ-তুং হাইদুনা থেকপা শাথেক মওং হায়বদি কবো কদোম ওয়া কদোম হায়বা তীন মথল অমগী মশক অদুগী মতৌগুম্না শাববু মারগৈ লাক্লা নোইবা কৌই।

---

হোঙনেবা—কীর্ত্তন।

উক্রোঙ হোঙব—কীর্ত্তনগ নাম খিনগৎপা, ছত্র য়ুংবা।

হোঙবা— সঙ্কীর্ত্তন য়াওনা পীজ-পীথক মরাং কায়না কৎপা।

মথক্তী মথল ৭ অসিদগী অয়াবা মৈতৈগী চৎনরোল, শিরগা তৌবা হোনবী, নুহোংবা, চাকলোং কৎপবা, চহিগী কুমওন্দা অমদি লাইগী থৌরম তৌবা মতম খুদিংবা লাইগী মিংথৈ শক-শোনবগী থবক য়াওবশিং অসিদা তৌরিবা অসি মথক্তী অসিদগী শন্দোক্লকপনি, হায়রিবা মওং অসিদগী সঙ্কীর্ত্তন থোকনকই। অসিগুম্বা সঙ্কীর্ত্তন হায়বা বাহৈ অসি মৈতৈ লৈবাক্তা হিন্দু ধর্ম্মগী ঈখিল চঙলকপগী বাহৈনি, মদুগী মমাঙদদি হোঙবা হোঙনেবা হায়বা বাহৈশিং অসি শিজিন্নবা থেংনৈ। অসিগুম্বা অনোই-য়োল কৌবা অসিহ জগোইগী মনুংচনবা বাহৈনি, মতিমক্তদু মথল কয়া কয়া থোক্লা দৈ মদুদি:— পাহোইবীনা শাইগন তৌবা খুদিংগী অনোইয়োল মথল হোংজিবসিনি।

## লাইগী প্রাউচ্যাক ইশৈ

অহা লোইরোনে হোই হোই হে নকেদো
হোই নে অ হোইরোনে সেফি আ হয়ানা
হয়া হয়া নে ! হয়া হয়া নেকেদো অ হয়ানে
শেঁম হয়িঙৈদা নোইয়ে, হয়িঙৈদা নোইববু
মৈনা য়াইনা নোইয়ে; তাংনা শম্না নোইয়ে ॥

---

তাইবঙ্‌পানবা পুম্নমকপু পোকপা ইপা ইমা ওইবা লাইনা তাইবঙপানবা মীওইবগী মশক ওইনা কোঙদোক্লগা মুপা মুপী অনিগী মশক ওইদুনা মীওইবগী মথোক কারকপা মপুং ফারকপগী মুপী মুপা ওইবগী হৌনবা কল্লকপা মিহৌবা পামুবগা লোয়ননা মুংশি ইরাঙ হৌনা মুংশিনবা, অনিমক্কা উনবদা ওইবা শাওং শাথেকী মওং অদুনা অথূপ্পা ওইনা পুক্লিং থুকপগী মশক ওইদুনা শান্নরম্বা অদু অথূপ্পা জগোই ওই ॥ মতৌ অম্মুম্না মীওইবগী মতিকপু নিঙথিবা শাথেক শাওংনা জগোই ওইনা শাবগী থবক অসি থায়নঙৈদগী হৌনা মৈনা মুংলক্কুরগুম ইপা ইপুশিংগী মক্কুমদগী মথং মথং শমথরক্কনা হৌজিক কাওবা চৎনরি ।

---

অপুপ্পা জগোই অসিনা মরম ওইদুনা জগোই মথল মথা শম্মোক্লই । মরম অদুনা লাইগী জগোই অসি শারগা লাইমিং শকপা অসিনা তাইবঙপানবগী থবাই মিনা লানঙমদবা থবাই-মি অচোইবা, চোইজাইনবা অদু ইপা ইমাখা চঙলগা ইথানা পোকপীবা এখোয় পুম্নক তাইবঙপানবগী মিরুপং-চাকচা, মীওইবগী হৌনবা শুবা চৎপা অসি খৈথিক, লাইগী নতম-দগী হৌনা ইপা ইমানা তাকপীরকপা তম্বীরকপা অদু হয়িচকাং(সত্যযুগ)তা শাথিবা জগোইগী মতৌ লৌদুনা মথং মথং শমথরক্কনা জগোইশাইনা।

## পান্থোইবীগী জগোই

### অনোইরোনগী ঈশৈ, কোন্দে খুংচুম মাইনা লেংবা।

হয়িচৈদা নোইবদি তাংনা, লমলেন্‌মদা নোইএ
মদাইমদা নোইএ তুবী মপাকন্দি হে মপাচানে
মমোম থিংনাউ তাউপীনা মথিং লাইরেনপাতুবু
হে য়ুকোউদা চীংঙ্‌ মঙাইরোইতুবু লুকলেন
পাম্বা হাদুনা খালৈ লুকতম-শেম হে মায়থঙৈদা॥

---

হয়িচক্তা (সত্য যুগতা) শাবা জগোই তম্না মান্নবা জগোই শাই। অথোইবা লম, অকবা মফমদা জগোই শাইএ। তুবী লাইরেনগী কোল্লুপ (কাঙলুপ) নিংথৌ শাগেদি লাইরেম্মগী মপা মচানি॥ লাইরেন তাউরোইনাইগী মচা মচন ওইবা থিংনাউ তাউবীনা মবুং লাইরেনগী মপা অদুবু চাক কৌদুনা ইন্নাৎপা মতমদা লাই মমান্নবা পুম্নমক অদুবু মানা মানা পাম্বা চানিঙ্‌ চানিঙবা লুক শেমদুনা মনিও থুংনা পীজ-পীথক্লুনা মুংশিন্নবা চান্নিরে॥

---

লাইরিক অসিদা থিংনাউতাউবু তাউরোইনাইগী মচানি হায়রি অমুক্তা মচম্নি হায়রিবা অসিগী মরমদি—লাইরেন তাউরোইনাইনা তশেংনা পোকপা নত্তগা লাইরেম্মবু রোকচবনি হায়বা খঙলিগে হায়বগী ভাইবংপানবদা মরা ওইবীনা অমুকসু ইপা হায়, অমুকসু ইথুং হায়না শৈশাক্লি।

## অকোয়বোক

লমলেন মবৌচাংদা মহৌ কাইপোকচীংদা
লোইর্মী নোইতমচীংদা কোন্দে খুৎচুম মাইবা
হে লাইকনচীংদা পুইতিংঙা ভংকা মুপী হে
শায়োনচাংদা য়োইবু ভোইবী কৌবী, ভোইবী
ভংকা মুপী ফুইতিংরাক খুয়োন ফুতিং লৌবী
খাবী লেংনৌ মোম্বীনা মপল লাইবু য়ুকৌৱৈদা।
তাউরোইনাইবু য়ুকৌৱৈদা॥

লম অথোইবা অকবা মকম, লাইগী খুবম মহৌ কাই-পোকচীং, অহানবা জগোই তমকমচীংদা, কোন্দে খুৎচুম মাইনা অনা-অয়েক পুম্নমক লায়কম্বব-চীং অদুদা লাইরেম্মনা মমিং পুই-তিংঙা, ভংকা মুপী, য়োইবু ভোইবী, ভোইবী ভংকা মুপী, ফুইতিংরাক, খুয়োন ফুইতিং লৌবী, খাবী লেংনৌ মোম্বী অমুম হায়না মমিং শালোন তৌদুনা পোকপা শিবা নত্তুনা মশক মমিং হোংদোক্লুনা শালোন খুদিংদা ঈশৈ শকপা ভম্বনা মথৌ ওইবা লাইরেম্মনা মপা তাউরোইনাইবু ইরাৎৈৱদা॥

পুইতিংঙা—পোকপা শিবা নৈভবী। ভংকামুপী—শালোন তৌদুনা মশক হোংদোক-হোংহোক্লা নৈবী। য়োইবু ভোইবী কৌবী—কোয়গী নৈমা কিজবী ময়কগী অথোইবী। ফুইতিং রাক—শালোন খুদিং ঈশৈ শকপী। খুয়োন ফুইতিং লৌবী—অমুক পোকপগুমা মশক মমিং হোং-লবমু ঈশৈ হায়রগী কায়বা মওং অদুবা থঙনবী। খাবী লেংনৌ মোবী—মাইবীগী মবেশা, মযাম্বু অবী-তাকলীবা মাইবীগী জুচিংবী।

হনবা হমু লুকথুংদরে হমু লুকথেকতরবগী নহামুপীশিংদো
শিনকাম লাইকামতুবু পাক্লা তাইনা লাইথুংলে।
তোইবী তংকামুপী কোরৌনোংতং লেংবীনা
থাবী মথিনাক অমাই মরাঙ হৌ
হৈরেম ফুনিংশিংদগী খুঞ্জান রানিংশিংদগী
নাংলৌ লা-পোৎ শিঙপোৎ শুনা, লা-পোৎ মঙা,
শিঙ-পোৎ মঙা য়াওনা শিংমাশুনা চেনচনখিয়ে॥

---

অহল লমনগী লুক য়াউদবা, অহৈন লমন তাক্না মুপী অঙাংঙাকুবু পীজ-পীথকপদগী, মুপী অঙাংশিংদো শিনগাম লাইগাম হাবা (পুক-কংথেপা) লায়নানা নাত্তুনা চাক্লবা মী খুদিংমক লায়চুরে। মতু উরবদা তোইবী তংকামুপী, কোরৌ নোংতংলেংবীনা মাইবী পূম্নমক মরাঙ হোনা চেন্নতুনা হৈরেম খুঞ্জানদা', খুনগংদগী চাক থোংনবা চফু ইরাল, থোংন-থাক্লবা মশাং শুনা লাপোৎ মঙ, শিঙ-পোৎ মঙাগা লোয়ংনা চেন্নতুনা মীয়াম্না লৌক্লবগা অমুক চাক থোঙলে'।

মথক্তা পনখিবা মহৌ ফাইবোক চীং হায়বসি মকম অহুম শুই—
১। শুগ্নুগী মথাদা লৈবা চীং ২। রাজোইদা লৈবা চীং ৩। নোংমাইচীংগী নাপোম অমা। অসিগুম্বা মকম ৩ অসিদা পাম্থোইবীনা শাইওন তৌরতুনা ভগোই শাই। পোংনিং কৌবা ঈরাং থৌনি লাইরিক্তা হায়:—মানবী নুংত্তেক মহাক্না মহৌ নিংথৌদা। য়েননাউ ১০০ থুম্নাউ (ঙাম্নচা) ১০০ অসি পীতুনা মহৌ ফাইবোক চীংদা মপল লাইরেন ভাউরোইনাইদা ভগোই ওন্নী হায়রি। মহৌ নিংথৌ হায়বদি বাংবরেনবুনি, মানবী নুংত্তেক হায়বনা থিংনাউতাউবী লোয়নবীবুনি হায়বসি থঙনবিগনি।

য়ানবী নূংস্তেকমাহূগা কোয়ৌ লংমাই হনবীগা
লয়গী মরী খিনা নোংগী মরী পায়না
থীকমায়ক্লা থীকপদি শায়াই লানয়াইমবু থীকখলে।
মানবী নূংস্তেকমানা থীকমায়ক্লা থীকপদি
হনবা হন্নুমাগা থীকখরে
হনবাহন্নুমানা পোকমরক্লা পোকপদি পোকহুম পোকয়ে
মহৌ মহৌ পোকয়ে মহৌ কাইপোকচিংদা॥

থোংবা থাকপা লোইরব্রুনা লুক নিঙখিনা শেন্নগা মানবী নূংস্তেকমা অদুগা কোয়ৌ লংমাইহনবীগনা (লাইরেম্বীনা) লয়থক-লয়থাগী মরী, নোংথাকপগা খোংবগা নোংথাংগা লোয়ননা লয়রী নোংলী চিংশিল্লগা অমুক থীকপা ঈশিং চাই-থোকপা, অমুক শরীক খিঙবদা শা ময়াই (মতিক) লৈবা লালগী শাঃ হায়বদি শামু য়াইশা নত্রগা শগোন য়াইশগুম্বা শাঃ অমা চোংথোক্লগা পাইখৎলক্লে॥ মানবী নূংস্তেক মহাক্লা অমুক ঈশিং চাইবা, শরীক খিঙবদা হনব-হন্নু অহন মহাক থোক্লক্লগা য়াইশা অদুদা তোংলগা কূপ্লক্লে। অহনগী পেম্ববা পীজ-পীথক্লে। অহন হন্নুবা অহানবা মহাক্লা মহৌ কাইথোক চীংদা পোক মরক্লা পোকএ॥

মহৌ মহৌ হায়বদি হৌজিকী লোন্দা রাগ হায়নরিবসিনি। হনব—অচৌবা রাগ, হন্নু—রাগ মচা, হন্নু রাগীনিনু কৌই। অসুয়া অহুম থোক্লা ৩ লক পোকই। রাগ অসিনা হৌর-হৌরব্রুনা রাগনা মরম ওইহুনা ঈশৈ শকপা, অঙাং পোকপা থবক পূন্নবক য়াগদগী থোক্লুনা মহৌ কাইথোক চীংদা হন্নুনা (রাগনা) হায়া পোকই॥

নোইবী নোইতমচীংদা শবি ঙাইনোকচীংদা
খাবী লেংনৌমোম্বী তোইবী তংকাম্নুপীনা
থিংলৌ নিঙনা তানা মপললাইবু য়ুকোয়ে,
তাউরোইনাইবু য়ুকোয়ে ॥
হনবা হন্নু লুকথুংদবস্থু হে লুকথুংলে,
নহা নুপী নুংদা লিনকাম লাইকাম।
পাক্লা তাইনা লাইকোক্লে।
ভুবী ঙাংয়েকচন্নু তোইবী তংকাম্নুপী
খাবী লেংনৌমোম্বীনা অমাই মরাঙ হৌনা শালোনচীং ॥

———

জগোইগী হৌরককদ ওইবা অহানবা জগোই তন্দমচীং, শবি মশেন-নোক্লথিব-চীংদা খাবী লেংনৌমোম্বী তোইবী তংকাম্নুপী লাইরেম্মানা নিঙথিনা ফজনা শেম শাজুনা হয়-হয়া মপালাই তাউরোইনাইবু চাক কোজুনা ইরাংলি। অহন লমন লুক (চাকলুক) থুংদবস্থু থুংলবদা নুপী অঙাংশিংগী লিনগাম লাইগাম লাইচুবস্থু লোজনা কোক্লে। লাইরেম্মনা ভুবী ঙাংয়েক চন্নু, তোইবী তংগাম্নুপী, খাবী লেংনৌমোম্বী কৌনা মশক মমিং হোংনা হোংনা শালোন তৌজুনা মাইবা মাইবী মরাম্না মরাঙ হৌবা নিন-খোংনা চীংদা শারৈ ॥

———

কোন্দে খুৎচুম মাইনা হে লাইকন চীংদা,
নোইবী নোঁইতম-চীংদা য়োংমু শায়ম চীংদা
তংকান্নুপী, ফুইতিংরাক, খুয়োন ফুইতিং লৌবী,
তৌরা নোংতং লেংবীনা মপল লাইগা নোইএ।
খোংশিৎ মানবল নোইবু নোইখুৎলাংবু নোইতময়ে।
নোইনা ঙমদম হৌঙৈদা শবি লৈরাং মশেন।

---

কোন্দে খুৎচুম মাইবনা অনা-অয়েক পুন্নমক লাইয়েংবা লায়কন্নবচীং, জগোইগী হৌরককম, অহানবা জগোই তম্ফমচীং য়োংমুগী শায়ম লম্বীলৈবচীংদা লাইরেম্মনা তংগান্নুপী, ফুইতিংরাক, খুয়োন ফুইতিংলৌবী, তৌরা নোংদং লেংবী, হায়বা মিংথোনগা লোয়ননা মশক মমিং অসি হোংনা হোংনা শালোন তৌদুনা শায়বা চীংদা মপা লাইরেন তাউরোইনাইগা জগোই শাই। মপাদা জগোই তমই, খোঙশিৎ খোঙথাং কয়া, হকচাং থেকনা খোয়না খুৎথেক্না পোঙথাংগা, চাননা নিঙথিনা ফজনা জগোই তমই। লাইরেম্মগী জগোই নিঙথিবা তাইবংপান পুন্নমকপু শুমহৎপা, অঙকপা ফংনা নীংথিবা জগোইগী মথংমনাও নাইনা শাবা জগোই উবদা তাইবংপান্দা লৈবা জীব পুন্নমকপু শুক্মৎপা, উবদদা হেক ঙাওবা জগোই মশা অঙ্গ শবিস্থ শা অতৈস্থ চোংথোকলক্‌নুনা জগোই শায়ে।

---

হোঙনেমলোন কোব লাইরিক্ত—"অশৈ খোংফাংলেং তাউরোই পুংলেনবাক" হায়না লৈখাবদি ঊশৈ পাজা অকোয়বদা তাউরোইনাইনা পুংথৈ হায়বা অসিনা মরম ওইদুনা তাউরোইনাইনা পুংলোনগা লোয়ননা জগোই শাই। লাইরেম্মনা ঊশৈ শক্‌নুনা পুংগা তান চানা জগোই শাবে হায়বা খঙহল্লি।

মুওক পাইবং মশেন, খুপিং খুপাই মশেন
খৈরোই য়ুপেং মশেন, তিংশিৎ নাউশং মশেন
ছুইরিয়া লাইখোৎচাগা, শিঙজঙ রাখায় য়াওনা
পিথিৎ পিখাং য়াওনা তোইবী তংকা চন্নুগা
মপললাইগা নোইতময়ে ॥
তুবী খোংশিৎ আদা চীংলেন পরিংতুবু
হে নোইগী নোইথেকখিয়ে। লাইরেন খোঙকাপ মদা
মহৌ ফাইপোক-চীংবু নোইগী নোইথেকখিয়ে ॥

---

লৈরিবা জীব শাঃ উচেক পুন্নমক চপ মান্নবা পুকনিং মরাঙহৌনা ঙাওরে। মুওক পাইবংগী কাঙবু = য়োংগী জাৎ। খুবিংখুবাই কাঙলুপ = খৈরোয়গী জাৎ। য়ুপেং কাঙলুপ = ঈশিংদা লৈব জীব কাঙলুপ। নোংথক লৈবা অপাইবা জীবগী কাঙলুপ উরক-রারক্তা তম্ন-লাই ওইবা হিংচাবা. মখোল থোকপা কোক-কাক লাউবা, লাউখোংবা তম্ন-লাই য়াওনা, লৈরিবা লাই অপিকপা অচৌবা তাইবংপান্দা লৈরিবা জীব পুন্নমক লাইরেম্মগী ফজবা নিঙথিরব জগোই উবদা ময়াই কাবগা লোয়নবা ঙাওনা জগোই শারে। লাইরেম্মা তংগাচন্নুগা মপা লাইরেনগা. জগোই তম্বগী জগোই শামিন্নবদা মপা লাইরেম্মা হায়া জগোইশাবা অদু য়েংলগা লাইরেম্মনা অমুক শাবা অদুগী লাইরেনগী খোঙথাং, খোঙশিৎ অকনবা অদুনা লৈরম্বা মপা থোকউবদা হৌরম্বা হৈপাল লৈপাল নৈথেকলে খোঙকাপ খোঙথাং খোঙশিৎ খুদিংদা মহৌ ফাইপোক চীং কৌববু জগোইগী খোঙথাংনা নোইথেকখিয়ে।

লাইরেনপানা নোইবদি অরেম্বনা নোইবদি
নোইচুনেসে নোইচুনেসে।
তুবীপানা নোইববু অরেম্বনা নোইববু
শবিলেম্মা নোইতময়ে॥
শবিয়াম্মা তোম্মা, নোংদা চীংখন য়াংনা বোইতময়ে
তাউরোইনাইগা নোইতম্মে
তাউরোইনাইগা নোইরিঙৈ মথংলেনগা নোইরিঙৈদি
মরুম্বীনা তাইনোকনৈ॥
মরুম্বীনা নোইরিঙৈদি মপারীনা তাইনোকনৈ॥

---

মপা লাইরেন নিংথৌ তাউরোইনাইনা চীং লেম্না শাবা জগোই নিঙথিব অদুবু মচা ইবেম্মনা য়েংলগা শাবদা মপাগী জগোইগা চপমান্নবা হেক্ক শাবা, হেক্ক হৈবা, মপা মচাগী জগোই চূশিন্নবা অদু উবদা শবি লাবনা লাইরেন তাওরোই-নাইগী জগোই মতৌ তম্না জগোই শারে। লৈনংদগী শবি অদুনা মপান থোকলকলগা চোংখৎলদুবা মশা থেক্লা খোয়নবা চোংদুনা লৈনা লানা, হাইনা হুম্না লাইরেন তাউরোইনাইগী মতৌ তম্না জগোই শাই। শবি লাবগী জগোই উবদা শবি অযোম্না নোকই। শবি অযোম্না অমূক জগোই শাই। শবি অযোম্না জগোই শাবা মতমদসু মচানিপানসু অমূক নোকনৈ (ঈকাইবা পি)॥

শবি ইপললেন-ও।

অনিঙবদি নিঙথিয়ে॥

য়ারেন য়া-না চৌয়ে,

হা ঙাইনোকখিয়ে॥

শবি ইপললেন-ও।

তুবিপা-গা নোইচুনেসে-নোইচুনেসে

হয়িচৈদা নোইববু

মৈনা য়ায়না নোইএ,

তাংনা শম্বা নোইএ॥

---

শবি মচা লাবনা নোক্লা-নোক্লা হায়। ইমানা শাবা জগোইদি ফদি ফজে হায়ববু নয়াদি চৌমনবনিনা য়াম্না নোক-নিঙখরে। হা নোকনিঙখরেদা হায়না নোক্লখিয়ে। শবি-নচিংবা জীব পুম্নমক হৌদুনা জগোই শারে, লাইরেন মপম্না শাবা জগোইগা মাম্না শাসি শাসি হায়না জগোই শাগ্রে।

হয়িচক্কা (সত্য যুক্তা) শাবা জগোইগা চপমাম্না মথং মথং তম্নগা মাঙলমচত্তা হৌথিবা ইপা-ইপু পুম্নমক্কা মথং মথং অমুক তম্নরক্না লাইনা লৌলোকলম্বা জগোই অদু মৈনা মৃৎলক্কবগুম মথং মথং ওইনা জগোই শায়কখি।

---

N.B. শবিনা জগোই শাবা হায়বসি ময়াম্নসু পেনা শকপা ওজাশিংগী চিন্তাংদগী শবিনা চোলোম তৌগুনী হায়বা অসি তাবিরমগনি থৈ।

## শরারেনগী লাইরৈবাক্তা শাবা জগোই।

কোরৌঙোন্দ নোইয়ে মুংনাংকাউখংকোন্দা, খোইম্নুম লাইরৈবাক্তা
কোরৌ তাজরৈ রাংবল তাতরৈ চীংঙু লাইকোম্নুদা
কোরৌ ঙাম্না নোইয়ে নোংথৌ ঙাম্না নোইবদি
সোরারেন্না নোইয়ে। খাকপা নিংথৌ তেলহৈবা,
রাংনিংথৌ পাঞ্জুম্বা চীংঙু নোংনিংথৌ য়োইরেম্বা
নমু কমলম শীনবা শরুক লুকতম হুনবা
লাইবক'খেলা ইবা॥

---

অরাংবা নোংদোন লাইরৈবাক্তা মুংনাং কাউখংকোন কৌবা সরারেনগী কোম্নুংদা মরাঙ হৌনা পুং-শেন্না নিনখোংনা কোরৌ তাজিরৈ, রাংবল তাতারৈনা পুং য়ে। তাজৗন তাতা হায়বা অসিনা লাইগী পুংলোন ওইদুনা ইনিন নিনবগা মখোল ওই॥ মখোল অদুগা চাননা সরারেন্না জগোই শারে, অরাংবা নোংদোন লাইরৈবাক অসি মতিক ময়াই লৈবা সরারেনগী জগোইনা পুমঙান ঙানখ্রে। তৌবা ঙম্বা মতিক লৈবা মপু খোইয়ুম লাইগী নিংথৌনা নোংখাকপা খোংবগী মপু অরাংবদা তেননা কাপথরকপদা খুংচুম্বা লাইগী নিংথৌ, লাই পুম্নমক্কী থৌরম শীনবা মী পুম্নমক্কী থৌরম মফম শীনবা, মীওইবগী অচা-অথক মাগী মাগী শরুক চাকলুক তম্বীবা শরুক হুনবা মীওইবগী পোকপদগী শিব কাউবদা থোকলগদবা থৌদোকপু মরাইবকতা ইবা।

---

তাজি হায়বসি হৌজিক্কী লোন্দা তাজিন হায়, তাজিন তাতা হায়বা পুংগী হৌবা মখোন অদুবু অরিবা লোন্দা রৈ কৌই, অদুন কোরৌ তাজিরৈ রাংবল তাতারৈ কৌই, পুংরৈবা লাইগী মমিংনি।

কনানা কদায়দা জগোই শাগি ?

কোয়ৌ নোংখোং কদ্বা মুংনাং য়াইবিরেন শিদবা,
য়াইবি মখোয় নেৎপা, খাকপা পুয়েয়োম্বা
চৌংথু পুয়াং নাককৃপা কোক্মরোংগী ওন্দেবা
খোংমরোংবু হলবাইবা চৌংথু নোংনিংথৌ সরারেন
খোইয়ম লাইগী নিংথৌ চৌংথু লাইমরু শিদবা
খোইয়ম য়াইবি য়েলহৌগী চৌংথু থংবা নোংনিংথৌ
খোইয়ম পাখং য়োইরেনবা চৌথু লাঙ্গোই মখুনেৎ
লাঙ্গোই খূনেৎনবা কোয়ৌ নোংনিংথৌদুগা
য়াংব নিংথৌ পাঙ্গুম্বা চৌংথু থংনা নোইএ ॥ ১ ॥

---

লাইরৈবাক্কী সনা কম্বাল কম্বা, অমাঙ-অতা লৈত্রবা, শিদবা থরাইগী মপু, সনা তাঙবন্দা সনা খোঙনেৎনবা, তেংবানবা পুম্নমক্কী খ্বাইদগী ইহান-হানবা ইবুধৌ অথোইবা, ইবুধৌ পুম্নমক্কী লোয়বা, ইবুধৌ পুয়েন নাককৃপা ইপু মকোক ওইবা, তাইবংপানবগী জীব পুম্নমক্কা অমুক পোক অমুক শি তৌবদা থোককম-হঞ্জিনকম ওইবিরিবা ইবুধৌগী মকমদা চৌংথু লাইগী লৈবাক ওইবা নোংথৌ লাইরৈবাক্তা, লাইরৈবাক্কী নিংথৌ সরারেন শিদবা কোবা অমাঙ-অতা লৈত্রবা থরাইগী হৌরককম ওইবিবা লাইগী নিংথৌ পাখং য়োইরেনবা হায়না মিঙ্গোননরিবা, খোইয়ম লাই পুম্নমকপু রায়েল থৌদা তম্লিবা লাইনিংথৌদি চৌংথু মাগী লাঙ্গোই শামু অতৌবা সনা খোঙনেৎ ওইনরিবা মচু ঙৌনা হেনবা নিঙথিজরবা ময়া মরি পানবা শামুবু খোঙনেৎ ওইদুনা লৈরিবা কোয়ৌথক্কী নিংথৌ অরাংবা লাইরৈবাক্কী নিংথৌনা কোয়ৌ নোংমদোন্দা জগোই শাখি ৷৷ ১ ॥

সরারেম্না নোইহবদি মশানৌগা 'নোইঙ্ক্ষ্ব,
খোইয়ম লাইরেম্বা কোরৌ লৈমগা নোইএ।
কোরৌ নোংদোল লৈমগা নোইএ॥
খোইয়ম কোরৌহনবা কোরৌ নোংদোল হনবা
নিংথৌ খোরিফাবা নারা খোমদাং শাফপা
চীংঙ, লৈশং খেকরাইবা লৈরাং খয়োম শানা মানৌবা,
কোরৌতোন্দা নোইত্রে।
নোংমদোন্দা নোইত্রে। ২॥

কোরৌ লাইরেম্বাকী নিংথৌ সরারেম্না মশানৌ হবেম্না লাইরেমগা জগোই শাই। লাই পুরম্বকী মথেম্না ওইবী লাই-রেমগা কোরৌ নোংথঙ্গী লৈদা লাইরেম্বাকী লাই লৈদা ওইবিদিংগা লোয়ননা জগোই শামিরে॥

মচা ইবুংঙো খোইয়ম কোরৌহনবা হায়না খঙনরিবা লাইরেম্বাকী লুচিংবা নিংথৌ ওইরিবা নারা অঙাং মতম ওই-বদা পায়না লিংজেল খানা নিংঙাই চাউবা খোইয়ম খোরি-ফাবা, * লৈশং খেকরাইবনা লৈরাং লৈপুন শারগা নাউথেম্ব-মদা নিংঙাই তোবা তোকখিবা কোম্মোজম লাইরেম্নগী মচা ইবুংঙো অহল খোরিফাবম্ব কোরৌ নোংদোম্বকী লাইরেম্বাক্তা জগোই শাই॥ ২।

* কোম্মোজম লাইরেম্না নোজারোল (খোরিফাবা নাউথেম্নোল)

চীংগু মহিশাংগা নোইএ,
খোশৰম মগাইরোয়গা কোয়ৌ কমদৌগা
চীংগু মায়কৈ গাকপা মায়কৈ গুংগাই গাকপা,
ছুমলেন য়াইবী মশেল মৈৰী হান্দোং য়াওনা
ছুমলেন য়াইবী-তোং লয় ইরৈ মশেল,
মালেম লয়রী শূনা কোয়ৌ নোংলী-চিংনা
কাপতু হুইথা-না চীংগু য়োমলোই-হো
অপোক চা-তা য়াওনা অশগু-অগাই য়াওনা
অতোং অরেংৰগা কোয়ৌ তোন্দা নোইএ ॥৩॥

---

লাইয়াম পূন্নমকা লোয়ননা জগোই শাই। লাই পাখং (খোরিফাবা) গী মরুপ, লোয়নবা মমায়বশিংগা লোয়ননা নোংদোন লাইরৈবাকী লাই কম্মাইবা, মায়কৈ গাকপা লাইশিং মায়কৈ অনি তাইনবদা গাক্লিবা অদুগা থরায় পানবদা চগুদবা য়াত্রবা ছুমলেন কৌবা মনিল ওইনা কাপ্পনা লৈরিবা লাই কাওবু অদুগা মৈৰী ওইনা মগালগা লোয়ননা পাইবা লাই কাওবু অদুগা নোংলৈ নুংশিগা তোংলিবা, ঈশিং ঈরৈ ওইনা লৈরিবা লাই কাওবু পূন্নমক অসি য়াওদুনা মালেম তম্পাক ওইরিবা লৈবাকী মরীগা নোংথকী মরীগা চিংশিন্দুনা লৈথক লৈখা অনিবু চেগপ-লাক্লা থক-খা তূনা কাতিগী কলাংগুম্না হুই থারগা লাইয়াম পূম্বা হৌদুনা জগোই শাই। অদুগা তাইবগুপান্দা লৈরিবা জীবশিংগী ঈরাৎ থৌনিনবা মতিক মগুণ শোয়বা লাইশিং, পোকপা শিবগী মতম য়েংলিবা শগুদুনা গাইদুনা লৈবা লাইয়াম পূন্নমক য়াওনা নোংমদোন্দা জগোই শাই ॥৩।

নোংখোয়লেন্দা অরেংবগা কোরৌতোন্দা নোইএ,
মুংনাং কাউখংকোন্দা খোইয়ম লাইরুপ-তিন্না,
ঙাইরোইননা নোইএ, লেংতিন্নবা নোইএ।
খোইয়ম কুপ্তুম কুপ্না চীংঙু ঙান্দুম ঙান্না নোইএ
চীংঙু লাইপাখংতুগা খোইরম লাই মুরাগা,
সনা কম্বাল লৈমগা চীংঙু-লেনগা নোইববু,
সরারেন্না নোইবদি চৈরৈ শেৎনা নোইএ।
লাঙ্গোই তুখাই তোংবা মপারীগা নোইএ ॥৪॥

---

লাইরৈবাক ওইবা সরারেনগী কোনুংদা খোইয়ুম লেঙ্গা মান্নবশিংগা লাইরৈবাক্তা জগোই শাই। জীব পুন্নমকী রাখলনা লাম্বা কংনত্রবা লাইরৈবাকী লমদমদা খোইয়ুম চীংঙু লাইওইবগী মরুপ লেঙ্গা-কাঙ্গা মান্নবমখৈ হায়বদি লাই পাখং লাই লৈশাবী লাইগী মো ওইরবী লাইরেম্বীশিংগা পাখং শরি ওইরবা লাই-শিংগা ল্লাই অহলগী জাৎ হমুবগা হমুবীগা লাইগী লেঙ্গা মান্ন-বমখৈগী কাঙবু কাঙবু তিন্নদুনা জগোই শাই। লাইশিংগী, লাইরেম্বশিংগী মতিক মঙালনা নোংথো লৈবাক্তা মঙাল মশেক শন্দোক্লা তকুপ ৎরেংনা জগোই শাই। অসুম্না কোরৌ নোংম-দোনগী লাইরেম্বী সনা তাঙবল কম্বীগা চীংঙুলকী অখোইবা লাইনিংথোগা শাখিবা জগোইদা লাইনিংথো সরারেন্না নীংথিবা ফিজেৎ লৈতেং খোয়া শাখি। মচা ইবুংঙো খোরিকাবা লাঙ্গোই শামু অঙৌবা তোংবগা লোয়ননা জগোই শাই ॥৪॥

সরারেন্না নোইবদি চৈরৈ শেংনা নোইএ,
ফিঙৌ শেংনা নোইএ, তন্না তানা নোইএ;
য়ুমাং তানা নোইএ ফিঙাং শেংনা নোইএ।
চৈরৈ খন্না নোইএ ফিজঙ-খন্না নোইএ॥
ফিঙৌ থক্তা-খন্না রাংলেন থীন্না নোইএ,
* তরেৎ রৈনা নোইএ * শেনফাং রৈনা নোইএ,
শরীক নোংদম খীংনা মোইবুং খোংনা নোইএ।
চোঙলেন খান্না নোইএ, লৈমলেনগা নোইএ॥৫॥

---

কোরৌথকী লাইনিংথৌ সরারেন্না জগোই শাবদা নিঙথিবা ফিজেৎ মথন খায়না হোংদুনা জগোই শাই, নিঙথিরবা অঙৌবা মচুগী ফিজেৎ হোংনা হোংনা শাবদা শেৎপদি তন্না চেংঙৌগী মতৌগুম নিঙথিনা ঙৌরবা ফি খোন্দুনা জগোই শাই। চাক্রিং থক্তি্ রৈগী মমাংদম্ব ফিঙৌ শেৎলম্বদগী অমুক ফিঙাং খোন্দুনা অচা-অথক অথুম অহাউ চারগা নিঙথিবা ফিনা খন্দুনা ফিজঙ ফজবা খন্দুনা জগোই শাই।

ফিঙৌনা মথক্তা খল্লগা পুং রৈদুনা শেল অনি কাপ্পগা ফুদুনা খীংবা পুংগী শেনগী খোম্থোকা চা-ননা খোঙকাপ চানা খোঙথাং চানা জগোই শাই। লাইরৈবাকী লাইরৈমগা লোয়ননা শাবা জগোইদা শরীক খীংদুনা মোইবুং খোংদুনা অমদি নিঙথিবা চোঙ খাল্লগা জগোই শাই।৫॥

---

*তরেৎ+শেনফাং=থাইলঙৈদদি শেল অনি রৈশিন্দুনা মুবব্ তরেৎ শেনফাং হায়না কৌনরম্মী হৌজিক্তি কর্তাল (করতাল) হায়না মমিং ওনথ্রে। থাঙ্গে শেংবদি করতাল হায়রবদি খুবাক ২ রৈশিন্নবব্ করতাল হায়বনি।

কুপ্তুম কুপ্না নোইএ থাঙলেন হাইনা নোইএ।
য়াওথো কাম্না নোইএ মঙান নাইনা নোইএ,
মরেপ তম্না নোইএ কুপ্তুম কুপ্না নোইএ।
য়াংবল লংচুম লংনা নোইএ ক্যোরৌ থৌনা নোইএ॥
কোনখৈবনা নোইএ, অতাম্বনা নোইএ,
অথাপ্পনা নোইএ, মালেম পাক্লবা নোইএ,
মমী পাক্লবা নোইএ খোইমোমথৌনা নোইএ।
লাইয়িংথৌনা নোইএ সন্নারেম্না নোইএ॥
য়োইরেনবনা নোইএ নোইচুমুনে-সে—নোইচুনে-সে ॥৬॥

---

তগুপ তরেংবা মঙাল্লগা লোয়ননা থাঙশাং, হাইবগা লোয়ননা জগোই শাই। থৌগল লাংগল য়াওনা তগুপ তরেংবা, য়েংবদা মরেপ মঙাল পাকথোক্না মরেপ য়াংনা মঙাল্লগা লোয়ননা নোংথাং কুপকুম জগোই শাই। অয়াংবা নোংমদোল্দা ইয়ং লংনা লাইরেম্বাক্নী অঙম-অথৌশিংগা জগোই শাই। তেংবানবৰু শেল্লিবা লাইগী মকোক অখৈবনা য়াংলবা লাপথ্রবা মকমদা লম-তু চাউনবা লৈবাক অমস্তুং মীনচিংবশিংবু য়ামখংনবা লাইগী অঙম-অথৌ ওইবনা জগোই শাই। লাইগী নিংথৌ সন্নারেম্না হায়রিদি য়োইরেনবা কৌবা মথোক কাচুনতা লৈরবা লাইনা, শাবা জগোইগা চপ মান্নন শাসি শাসি হায়না শাবগী চপ মামনে ॥৬।

# অহিংসা

## চকৃপগী জগোই।

হয়িঙৈদা নোইবদু সরারেম্না নোইএ,
সরারেম্না নোইবদু চকৃপরেম্না উরকএ।
চকৃপ শরাংবনা শরাং মেলোংবনা
মেলোং হামেংমিৎনা য়াওরো তান্দা উরকএ।
শজী তান'দা খঙলকএ য়াওরো শজী তান্‌বনা
শজী কুয়াং তান্‌বা য়াওরো শজীতেংদুবু
লাবা খুমন তান্‌না য়াঙদো শারম লৌবদা
কোরৌরোমদা তানখৎলে খোইগোম খোনা নোইঙমএ
লাইয়িংখোনা নোইএ ॥ ১ ॥

---

থায়না হয়িঙৈদা শাখিবা জগোই অদু মাম্না সরারেম্না শাই, সরারেম্না শাখিবা জগোই অদু চকৃপগী লুচিংবা অখোইবনা উরকখি। চকৃপগী লাই শরাংবা কৌবা মশা-মউ রাংচাউবা অয়াংবদা লৈরবা খুদিংমকপু উব ঙম্বগী মতিক লৈরবা শরাং মেলোংবগী। মেলোং হামেংমিৎকা অনিনা মখোয়গী মতিক ময়াই লৈরবা মকুবা মিয়েং অচুম্বনা লয়দুনা অকোয়বদা য়েংলকপদা শজী অমা উরুবদগী তাময়কপদা খঙলকখি। কজনা তনৌতনৌরবা শজী অদুবু তাল্লকপদা শজী অদুনা নিপা খোল্লা পাল্লিবা খুমনগী লমদ। চেনখ্রে, হায়দুনা শজিগী শারম লৈবা লম্বী অদুগী মতুংইন্না তাময়কপদা কোরৌ নোংমদোন্দা লাইকংখোশিংগা লাইরেমশিংগা শারবা জগোইবু উরকখি॥ ১ ॥

সরারেম্না নোইএ য়াহোং নোইবু নোইএ,
পুংকা নোইবু নোইঙমএ য়াইক নোইবু নোইঙমএ।
কোয়ৌচিন্দগী উরকএ॥
কোয়ৌ মথকচিন মেলোংমিৎনা নোইরকএ,
হামেংমিৎনা নোইরকএ শজী ভান্বনা নোইরকএ।
কুয়াং ভান্বনা নোইরকএ॥
চীংঙুথংবা নোংনিংথৌ পাখংবনা নোইএ,
য়োইরেনবনা নোইএ নোংথৌরেননা নোইএ;
সরারেম্না নোইববু চক্পরেম্না নোইতমএ।
শরাং মেলোংবনা ময়ুম হেমচেং নাক্তা
সুংনাং নোইবু নোইতমএ॥২"।

---

সরারেম্না য়াহোংনা জগোই শাবগুম পাক্থদুনা পোঙনা লয়না নোয়না নোয়না জগোই শাই, অসুম্না জগোইসি শাবদা থুঞাউ লয়চাওনা সুংঙাই য়াইকবা মতৌবু লাইরৈবাক্তগী উথি। লাইরৈবাক্তগী উরকপা মওংবু মেলোংমিৎনা মতৌ তমদুনা জগোই শারকলে। শা-ভানবা চৎলুবা মেলোংমিৎ অদুগা হামেংমিৎনা জগোইগী মওং কায়দনা শারকথি। নোংমদোন লাইরৈবাকী নিংথৌ পাখংবা, চীংঙু য়োইরেনবা কৌবা লাইনিংথৌনা জগোই অহু শাই। মাইনিংথৌ সরারেম্না শাবা জগোইবু উবদগী চকপগী লুচিংবনা মতৌ মওং মাম্না তম্লক্ই। চকপগী লুচিংবা শরাং মেলোংবনা ময়ুমদা লাক্লগা জগোই তক্ষম-শঙ শাদুনা লাইরৈবাক্তা শাখিবা জগোইবু ওয়াইদুনা চক্পশিংদা তম্বিখি॥২॥

থাবী চেক্লা নোংইএ, মোইরু থাংজম খম্নলোম-তক
চীং-শোং নৈথনা পোথী চিংখোক্লগা নোংইঙৈন্না নোংইএ
নোংইনোম লাইবৈরেক্লা লাইহিংথৌনা
চীংশোংনৈথা থাবীচেকপু শানলোমা মোইরোইনা
থাবীচেক্লা নোংইবদি কেগেপুদা নোংইতমএ।
মোইরাংতানা নোংইএ।
মনা-থক্লা থাবী চেক্লা চিংদিংনা নোংইবদি
নোংইচু-সে—নোংইচু-সে ॥২॥

---

মাইবীগী লুচিংবী পাম্হোইবীনা ওনবা লমথুমু কোবী নিঙথিজবী উচেক্লা মথৌ পোঙনা-পোঙনা থোংচুনা সরারেমা শাইওনবা লমথুমু অতুগা উচেক অনিনা চিংলোক্লনা শাথিবা জগোইবু অঙকপা কংনা নিঙথিজবা মথৌ অতু মোইরাং মীয়ামা উরবদা মোইরাংগী মীশিংনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা ওনবা শাইওনগী লমথুমু মতৈ মনাওনা শাথিবা জগোই অতুগী মথৌ তমহুনা জগোই শাথি। অসুম্না লমথুমু অনিনা শাবা জগোইদগী লৌহুনা মোইরাংনা জগোই তমই। লমথুমু অনি অনিনা শাবা জগোইগা চপ মান্ননা শাসি শাসি হায়না তম্বগী মোইরাংনা সরারেনগী জগোইগা চপ মান্ননা শাই ॥২॥

---

মনা-থক—সরারেনগী কোইংদা শাবা জগোই অমুক সরারেমা শাইওন লৌহুনা লমথুমু অমা পাম্হোইবীগা জগোই শাথিরে হায়বসি লাইহিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা উচেকী মথক ওইহনা জগোই শাই হায়বতনি। অদুগী মতুংদি চপ মাদৈ।

রাজোন ভমপাক লাইরিংথো

চীংগু মশানো অরাং কোয়ৌ নোংদৈলম্বা,

ময়াং মনা লোইনা তাইবং অচা-অথক য়েঙলিবী

ভমপা নোংথাংলৈমগা, খোইয়ম মতৈ মনাওনা

হাওসি ভমগ-চিংনা লোইএ।

মপল খোইয়ম লাইরিংথো

কেগে পোকপা সরারেন মোইরাং লাংবুম অরিবা

থোংনাং য়াংলো লৈবাক মপুগী মকুম-শাবু

মৈনা রায়না লোইএ ॥১১॥

---

তাইবংলক্তা শাইওনবা ভমপাকী লমদমদা মোগী মতোওুন্না পোক্লবা লাইনিংথৌনা চীংগু মাগী মতাংলোই ওইবী মশানো ইবেম্মা অরাংবা কোয়ৌ নোংমদোনবী নোংওুমা শেংলবী সুংশিৎকা লোয়ননা তাইবংপানবগী চিঙ্গাক পুম্নমকপু মশীং ওুনা পীন-বিরিবী, নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অহল্দা মিঙ্গোনবী ভমকা হায়না নিংথোমবী চীংগু লাইগী মচা ইবেম্মা নোংথাং লৈমগা খোইয়ুম লাইওইবা চীংগু মতৈ মনাওনা পুপা পুপী অনিগী পরেংগী মকোক চিংল-চিংলজুনা মোইরাংদা জগোই শাই।

কেগে মোইরাং লৈবাকী অপোকপা মবুথো অহানবা নোংচুপ মায়কৈ লমদমগী ( ময়াংগী ) মপুওইবা সরারেন্না শাখিবা জগোইবু মওং মতো কায়হন্দনা কুধবা থুদিং হৌন-চৎন ওইনা মৈনা মুৎলক্তবগুম করিমত্তা শোয়নহনবা লৈতনা মোইরাং জগোই শাই ॥১১॥

## অনোইরোল

চৌংথু মথোঙ্জান য়াইফ থোইতোংনববু নোইএ।
ঙাংঙোই খুৎনিংথৌতুনা মশানৌগা নোইএ॥
কেগে খুৎনিংথৌতুগী মপূংফানা নোইএ,
কেগে মোইরাং লৈয়কোয় হান্না হাথৌরকপগী,
থম্বাল লায়োনমুংগী লাইজা-য়িবু থারকপা,
রাঙ্গোন তমপাক লয়রেনহনবীগী
মচা ঙাংঙোই খুৎনিংথৌ॥১২॥

---

চৌংথু লাই মথোয়গী থোজান্দগী মুংঙাই য়াইফননবগীদমক জগোই শাই। মোইরাং ঙাংঙোই কৌবা শাগৈগী পিবা অহনা মশানৌ ইবেন্মা (মনাও ইবেন্মা) গা জগোই শামিন্নে। মোইরাং শাগৈগী পিবা মোইরাং নিংথৌ ঙাংঙোইনা মশানৌ ইবেন্মা মোইরাংলৈমগা লোয়ননা শাবা জগোই অদুগী মতুংইন্না মোইরাং মীয়াম থোক্তুনা মপূং ফানা জগোই শাই। কেগে মোইরাং লমদমগী অকোয়র লমদম অসিগী হৌরককমদি থম্বাল লায়োন মমুং ওইবা লৈনুংদগী ঈশিং কাওগৎলকপা মকম, থম্বাল নোংশায়ৌ কৌবা লমদমদা রাঙ্গোন তমপাক লয়রেনহনবী লৈমরেনগী লাংওন ওইবী ফুরেপ লৈমনা পোকপা ঙাংঙোই শাগৈগী নিংথৌ ঙাংঙোই নিংথৌনি।

---

মোইরাং লৈবাক্তী অহানবা নিংথৌরেন্দি লৈমুং য়ুচাখা চহু ঙাংখবীগী মচা ইবাং পুরিক্লাই ঙাংনিংশংনা ওই। মাগী কোমুং মফমদি শাংহোন লৈনৌ কৌবা মফমদনি। ঙাংঙোইনা ময়াখা অহনি। পিবানি, ঙাংঙোইগী কোমুংনা জগোই শাফম ওইখিবা থফল নোংশায়ৌদনি।

# মরিপুবা

## থবাই-মি কোনবা।

কেগে খুৎনিংথৌ মোইরাং ঙাংঙোইতুগী
মপুং কানা লোইএ॥
থবাই হাবপোইবা মিয়েন হামচৎপতুবু
যোংবমুংদা কোনচল্লমগে॥
কেগে খুনকাংথোয় ঙাংঙোই থাংঙা নিংঙোমবীস্তুং
যুমজাওমুংদা কোনমগে॥
হোওনেম লৈপুনসিতুবু চারোন মঙা তানশিল্লে,
শূরোন তরুক লোনশিল্লে হে লৈরাইনরোয়ে॥১॥

---

কেগে মোইরাং লৈবাকী নিংথৌগা ঙাংঙোইগী পিবা ওইবা নিংথৌগা নিংথৌ অনিগী শাগেগী সুংঙাই য়াইকনবগীদমক মপুংকানা মতোল লোয়না জগোই শারে। অসুম্না হরাও তয়ামদুনা লৈথোক্লবা পূম্নমক্কী থবাই-মিনা তরংদা হামচৎ-হাম্বোইনদুনা চথোক্লবা পূম্নবু তাইবংগী ওইবা হকচাং যুমজাও মমুংদা কোনশিল্লমগে হায়না থবাই-মি কোনশিল্লে। মোইরাংগী কম্নাই-কানাইবা অঙপ-অথৌশিং লৈমা-শিজ নিংঙোন-মৌনচিংবা পূম্নমকপুম্ন যুমজাওগী ইমুং মনুংদা মাথোয়-মাথোয়গী থবাই-মিশিং কোনশিনগে। মতম কুইনা অহানবা সুপিনা পোকপগী মচানা থল্লবদা অকোনবদা পোক্লকপা মচাশিং অসুম্না সুপী মথোল মঙানা পোকপা অমদি মশূ শূরোন তরুক্লা লৈরা মতম কাওবা পূনশি নোংশাংনা-লৈমবা হৈ-য়াই, লৈ-রাইনদুনা পান্নরে॥১॥

( অনোইরোল )

ভয়ম ইরাক্‌মনা শাইকোল্লমগে খোংনবু কোল্লমগে।
হয়া হায়না পোথাগে, হয়ি হায়না হিথাংগে॥
ইমায় নোংনেম লাইনাপাংমা রাক ঐবু চাউনবা।
খুং ঐবু নিয়বা হে কোনশিল্লমগে॥
হোই হায়না পোথাগে, হয়া হায়না হিথাংগে।
ইমা লৈমরেন শিদবী পিরাইমুনা য়ারো-মৈ,
পিশিনমুনা শমলো-মৈ হে লৈরায়ন-লো;
হয়ি-নে-সে, হয়া-নে—সম॥২॥

---

শৈশক শৈথাজরিবা ননাই ঐনা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংগী থরাই-মি পুম্নমকপু কোনশিল্লমগে। হয়া হায়না শোন্দুনা পোথাজগে, হয়ি হায়বা মিংথৈবু শোন্দুনা বি চৎপদা মতাং-চানা হিথাবগুম হি-থাংজরমগে। ননাইগী ইমায় অসিনা অরাং মায়কৈ পাংদুনা কোরৌথক্তা লৈবা শিদববু খুরুম্না ননাই ওইবা ঐবুস্থ চাওথৎনবা, হেন্নবা অফবা ওইদুনা শোম-ভাওনবিনবা থরাই-মিবু খোংজ-শকচরিবা ঐগী ইরা ইথোল চাউনবা-নিয়ববু হে কোনশল্লমগে॥ হোই হায়না পোথারগে, হয়া হায়না হিথাংনা থমজরম্লগে। ইমা লৈমরেন শিদবী পিরাইমুনা হৌরকপা মৈচু পিশিন্নুনা মথং মথং শমথরক্লুনা মূংলক্লনা য়োক্লুনা থয়কপগুম জগোই ইশৈগী হৌরক্লিবা মওংশিং অদু কায়হনশোয়হন্দনা মায়না লৌরক্লুনা ইপা ইমাদগী মথং মথং অদুম শমথরকলে॥২॥

---

## মঙাশুবা

## * ঔগ্রি লাইরোলশৈ।

হোই-রৌ হয়া হোই রৌ হয়া,
হয়া লো হে হুপ, হে হুপ,
ঔগ্রি-ও কোল্লো মথিং কোরে থিংকোরে,
লাইরেল কোকপা থিংকোরে।
হংকেল কোল্লো, হংকেল কোল্লো,
হে হৌ, হে হৌ নে-নে-নে, নে-নে-নে ॥১॥

---

"ঔ" হায়বা শিদবা লাই অথোইবদগী হোইদোরকপা হে তেংবানবা শেম্বী ইমা! নওনা অসূম্না মথং মথং হোইদোক্লক্কনা শন্দোকপিরক্লবা তেংবানবগী মপু ওইবা-ওইবী ইপা ইমা নখোয় অনিনা অসূম্না শামবদগী তাইবংপানবগী থরাই পানবা পুম্নমকপু শন্দোকপিরকলিবী নখোয় অনিগী নোংদমদগী তেংবানবদা লৌশিনবা প'-পীগী মথোং কারকপা, তাইবং মপুং ফারকপদা লৈবা হৌনবা সুংশিবা, কল্লকপা, িহৌবা পোক্লহল্লিবশিংগী অপাম সুংশি থুংনবা তাইবং মপুং ফানবা জীব ময়াম শন্নবা শেম্মখ্রু মপুং ফারে। লাইদগী অথোইবা শিদবা মপু মহাক্না পোক-থরকপনা মপুং ফারক্লে! হৌজিক্কি ঐখোয় ময়াম হুপ্পা হৌত্নুনা অপাম সুংশিদা চঙলসি, সুংশি মথৈ থেংনসি হৌনরকও। হৌন-রকও। নশা-নশাগী অপাম-সুংশি থেংনরো থেংনরো! উনরো-উনরো। জীব অয়াম্বা চোংথোক্লরকও, থূংশন্নরো কোমরো! অপাম্বগী পূক্লিং লেপ্নরো। হে ইপা-চা পুম্নমক হৌরো! হৌরো নে-নে-নে হায়না চনিও তারো ॥১॥

---

* পনম থাংকোকঙানা লেংবা শৈরোল।

লহান খুমুংচকতৈগী,
অরাং কৌক্রুচৗং লোইবি মদাইমা,
হেম্বা অরাংবদগী মালেম তম্পাক অনেম্বদা,
খুনকুমলকতৈদা ;
অরাং কুরুনা ওইরি উঙাম্ খোঙনেৎনা
পামেল খুদা-ননা লাইজ য়িরম ইন্না
পামেল উঙাম থারকয়ে।
তাঙ্‌জা তোকচিন্না রাক্তং খুৎত-শুনা,
চিনবাল কাংমৈ খুনা উঙাম ফমপৈদা তাউথরকএ ॥২॥

---

থায়না মমাংতৈগী তাইবং মীশিংনা হিংনবা, লৈনবা, ঈশ্বরগী মতিক্ মঙ্গল খঙনরক্লবা মতম খুমুংচক হায়না হেক কৌনরকপা মতমদা অরাং কৌক্রুচৗংগী অরাংবা নাপোম অমদগী অনেম্বা তম্পাকী লমদা খুন্দাড়ুনা লৈরক্লবা মতমদা, অরাং কৌবা থোজানগী মরু ওইবা মপুনা অরাংবা চীংদগী চেম্থরকপা ঈশিংগী ঈরম মতুংইন্না তেংবানবগী মপুগা তাইবং ওইবগা লৈনবা মরীবু খঙহনগে হায়বগী উনা শাবা উঙামগী পোঙ অমা শেম্লগা খোঙনেং ওইড়ুনা পোৎলম-চৈরম কয়াগা লোয়ননা তাউথরকখি। অসিগুম্বা অরাং কৌবা মপু মহাক্না উঙাম মথক্তা ফৈজা কোল্লগা ফম্মী ; কোক-থক্তদি শম্না লুমাংদা য়েৎশল্লগা কোকয়েৎ তোলোক ওইনা য়েত্তুনা রা-না শাবা রাক্তং (হিদাকফু) বু মখুৎনা পায়রগা হিদাক মৈথু থরক্লুনা ঈশিং ঈরম ইন্না তাউথরকখি ॥২॥

মালেম লয়কোয়রেনবু ইন্দাল্লকপদা
ম্বাংলৌ লম্মখাঙদা,
খোইমোম লাইরৈমা অরাংবী
হৈরেম ঈনচিংবীবু লমওল্লরে ॥
চীংঙ অরাং কুরুনা পাউমেল্লকয়ে,
হা পেম্মা ইনচিংবী-ও ।
মুচা নঙগী হংকেন পৌরা তেকনি
ঈলবু তম্না শোনকৎলো ।
পামেল উঙাম ঈরাই হকয়ে থেঙ্গনিবে
হায়না পাউমেনববু
খোইমোম অরাংবীনা পাউখুমখিএ ।
হা পাথৌ ইপুং-ও ।
পামেল উঙাম কায়গনিরা
হংকেল পৌরাদি করি ভোরোই পাউখুমএ ॥৩॥

---

মালেম তম্পাকী শরুক ওইবা অখোইবা অফবা মকম য়োগে হায়না লাকপদা লম্মখাঙদা খোইমোম ল'ইরৈমা অরাংবীনা হৈরেম খুঞ্জানগী মুপীগী শক্তম লৌহুনা চিংলম্বা অহুগা ওল্লরে ॥ অরাং কোবা মপুনা হে ইবেম্মা ঈল চি'লিবী-ও । এনা তোংলক্লিবা উগী উঙাম অসিনা ঈশিংগী শাফুগা লোয়ননা কন্না চেম্মরকপা মরম্না মুজা ওইবী নহাকী ঈলগী পৌরাদা থেংলবদি পৌরাদু তেক্লগনি, ঈল অদু শোনগৎলু হায়না হায়রকখি। রা অসি তাবদা লাইরৈমনা খুল্লকই। হা অথৌবা অকনবা ইবুং-ও। নহাকী উগী উঙাম-পোঙ অদুহুম এগী হঙ্গেন্দা থেংলগদি তেকনি এগী হঙ্গেন্দি কৈদৌরোইএ অসুম হায়না পাওখুমখি ॥৩॥

ময়োয়ব খোটাম্মান লাইরন্ববগী
পাউথুমখোনবু নাত্তারবগা
অরাংবা; অরাং কোরৌ নোংমাপা
অরাং থাংরায় পাখংবা
ময়োইরেন তোম্পোকপনা ঈকায় শেংকোইখিএ।
মথি নাইনা, কপ্পাউনা,
পামেল উত্তামথক্তবু লাইজ ঈপাকথক্তা
লাইজ ঈরোয়না উত্তাম পাক্তেনা ফেন্থুরকএ।
হজেল পাংমদা থেংখায়খিএ,
লাইজ ঈপোম হৌনা পম্থেংলবগী
পামেল উত্তামদো চোই-চাইননা কায়রে ॥৪॥

---

মতম পুম্নমক্তা নৌড়ুনত্তা লৈরবী লাইরৈমা অখোইবী, পুকচেল খোয়দবী ইবেম্মগী পাউথুম্নকপা খোঞ্জেলদু না-দা হেক ময়েররদুনা তাবগা কোরৌ অরাংবদা লৈবা নোংমদোনগী মপু অরাং পাখং অখোইবা ওইনা লৈরবা লাইগী মপোক্তা পোঃরবনা ঈকায়বা অমদি শাউনীংবগা লোয়ননা কম্থি খোক্লা উ-না শাবা পোঙ অপাকপদু অচেনবা ঈশিংগী অকনবা ঈপোমগা লোয়ননা খজিক্তা কাওবা থৈদোক্তনা চিংলিবা ঈলগী হজেল পৌরা তম্না হেক্তা ফুজিনখরে। হজেনগী নাকন্দা হেক থেংখিবদা খাবক লাক্লিবা উগী পোঙ পুল্লিবা খৌরৌ অদু তত্তুনা পোঙদু কোং লাউনা কায়দুনা উকোক ময়াম অদু চোইজাইননা তাউথোক্লে ॥৪॥

( ঔগ্রী অনোইরোল খোঙথাং )

লাইজ ইপাকথক্তা লাইখিংথৌ অরাংবা
লেপ্তুম হাইনা চোংকাবা, শংকমনা শমু খুৎহাইবা
য়েৎলম হাইনা উপল-লয় ওইরম হাইনা লোং-লয়বা
চোংথোক-চোংশিন নেৎপনা পাকল লিংরোন খোঙলোন্দা

ফমদেংঙম্বদা ক্বাওবগা
উকোক মঙা খোঙকম মঙা
খোঙকম অনি-ডা পুন্ন-লেপ্তুম-চোং
খোঙকম অনি পুন্ন-লেপ খোঙকম অমা কান্না
শমু খোঙথীন অনি-থীন্
উকোক মাপলমাদা খোঙথাং মপাল শুনা
চোংনা-চোংনা লৈয়ে ॥ ৫ ॥

---

ঈশিং ঈপাকথক্তা লাকপা, খাবক লাকপা পোঙ অদু কায়দুনা মচোই মচোই তাউরবদা লাইনিংথৌনা ফূক হৌগৎলগা তাউথোক-খ্রিবা উশিংগী মথক্তা পান্থোম অনি ফম্না হাইদুনা কান্ন-কান্না য়েৎলোমদা হাইরগা উপল-লয়, ওইরোমদা হাইরগা লোংনা লয়দুনা চোংথোক চোংশিন্না কাওশিন-কাওশিন্দুনা নেৎনা-নেৎনা খোমজিন-পূনশিন্না লোনশিন-য়েৎশিন্নরকপদি পাকনগী মথেক খোঙলোন ওই।

হান্না ফম্নকপা উদা খোঙনা কাওরগা উ মঙাদা খোঙকম মঙা মথংদা খোঙকম অনি পুন্না উ অমদা লেপ্লগা খোঙ অনিরক থীন্না চোংই। উ অমদা খোঙকম অমা তারগা খোঙ অনি পুল্লগা অনিরক থীন্দুনা উ মাপন্দা খোঙকম মাপল চোংনা লৈখিয়ে॥ ৫॥

খোঙথাং মাপলমাগী উকোক্মাদা
লেপ্তুম চোংনা খোঙদাবা
খোঙ্ মাম্ননা নোইএ।
শমু য়েৎকী খোঙদোম্না কিশি-কিয়ে
কিশি অহুমশুবগা শমু ওইরম্
খোঙদোম্না কিশি অনি কিনা
নোইন-নোইনা লৈন-লৈনা চোং
অকায়ববু তাই অচোইববু খোম্না
অতেকপবু মশমজিন অহোববু মেম্না
চোইথোকপবু পুনশিনবা খোঙলোন্দা
চোইরিক খোঙলোন কৌয়ে,
হঙেন থেংবা-নোংগী
চোইরিক থেঙৌ কৌনৈয়ে ॥ ৬ ॥

---

খোঙথাং মাপল চোংলুবদগী উকোক অমদা চপতিংনা লেপ্লগা অমুক চোংলক্লুনা তাবগা খোঙকম অনি চপ মান্ননা হকচাং থেক্লা খোয়না চোংববু জগোই ওইনা শাইএ। য়েৎথংবা খোঙদোম্না কিশি-কিনা পুল্লম্বা কিশি অহুমশুবগা ওইগী খোঙদোম্নসু কিশি অনিরক কিনবা চোংবদা থেক্লা খোয়না লৈন-লৈনা চোংলচোংলদুনা কায়থ্রবা পোঙবু তাইশিন্না খোঙদোলনা অচোইবা উশিংবু খোমজিল্লগা অতেক-অকায় শমজিন্না অহোববু মেন্দুনা চোইথোক্লুবা তাউরুবা উকোকশিংবু পুনশিনবদগী চোইরিক হায়না কৌই। অদুদগী হঙেনগা পোঙগা থেংনবগী মমিং লৌদুনা চোইরিক থেঙৌ হায়না কৌনৈ ॥ ৬॥ (* মমাইবা পনম মাংকোকঙানা লেংবা)

## মঙাগুম্বা

### ( লাইরোন ঈশৈ )

হোই হোই হা—হা—হা
   হেরিলে হয়া—হে
   হায়ু—থে হয়া—হে
সিবু থোইনা হয়াওবা
   লৈবনে—সে—সে—নসে
   সয়া—ন—সে—দা ॥ ১।

---

লাইরেম্মা অথোইবীগা লাইয়িংথোগা অনিগী পোঙ অমদি ঈলগী হঙেল থেঙ্গাইনরুবগী শাউনরুবদু নেমথররুদুনা অপাম মুংশিগী ঈপাক্তা তাউমিন্নরবদা থোঙলোনগা ত'ন-চানা খৈরে' অসি শরুা লাইয়ি'থৌদগী হোইদোরকপা মুংশি লৈরাংদু থেংমন-নরবদা অকায়বা পোঙদু হায়গুম্না তাইশিল্লে।

অসূম্না লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিনা মুংশি-মুংওনগী ঈপাক্তা তাউথমিন্নখিবা অসিগী মতৌগুম তেংবানবদা লৈরিবা থরায় পানবশিংনস্থ লাইগী লমচৎ মওং মতৌ লৌনা চথররুদবা অস্তুক্কী মতিক মুংঙাইগ্রবা মওং-মতৌবু অসিদগী হেন্না মুংঙাইবদি করি অমুক লৈরমগদগে ? সিদগী হেন্না হয়াও-মুংঙাইবদি অতৈ অমুক লৈত্রবনি। মরমদি থোইয়ম লাইনা হায়ন-শীংনখিবা ঙাওনখিবা অহুগুম ইপা ইমানা ঐখোয়বু পোকপিবা মপোক অসিগী থোঙ্গ্‌ল লীরকপদা লৈরমল্লে মুংঙাইরে অদুনা ঐখোয়সু অপাম মুংশি থুংনরসি লৈনরসিদা ॥ ১ ॥

খোয়মোম লাইরৈমগী মিৎয়েংমাদা
চেংলৌ মিৎ-থিৎলবগী
পায়মা সুংজংবী ব্রিস্তাংশাংবী
পিবুক লীতিম্না অত্তেংবী অশা-শাবা
অশা-থোইনা শারগা অশা-লৈ
অশা লৈবু থুইদবী লাইরেম্বনা
হঙ্গেন-পৌরা থৌরী ঔরি লিয়াই ভিংনা
শম্ থুৎনা-পায় খোঙকমদুবু লেঙদনা
চেংলৌ মিৎকম হোংদনা
উত্তাম ফৈ-থিংনা শৈশকয় ।। ২ ।।

---

পুকচেল খোয়দবী নিঙথিরবী লাইরৈমনা লাইয়িংথোগী চেংলৌ শক্তম্বু মিৎ পেম্না য়েংজরগা থম্মোয়সুংদা সুংশি থক-পান্নরবী লাইরৈমা পুকচেল ভিংলবী নিঙথিজরবীনা থম্মোয়সুংদা চাক্লকপা সুংশি মৈচাকপু থাত্তবদা, সুংশাগী মৈনা য়ৈবদা থুইথক্রবা সুংশাগী মৈশানা য়ৈরগা হেন্না হেন্না তেকথৎলকপগুম্বী লৈরাংগী মতৌগুম হঙ্গেন পৌরাগী ঈনজিং থৌরী পায়না চিংবদা থৌরীগী ময়াম চবুক্লা নোপ্তনা চপ-ভিংনা লৈবগুম খোঙকম লেঙদনা সুংশি মিৎকম-হোংদনা পোত্ত অদু হঙ্গেম্না থিংহুনা থম্লগা লাইরোন ওইবা ঈশৈ-শৈরোল অসিবু শকথি ।। ২ ।।

---

## তরুকশুবা

## ( ঔগ্রী লাইরোন )

হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া

হয়া সয়্ হয়া স-য়ে হয়া-স

ইংস—ইংস—ইংস—হে-হুপ্ হে-হুপ্ হে-হুপ্

হে—হে—হে হঙ্গেল কোল্লো ॥

মথিং কোয়ে খিংকোয়ে লাইরেন কোকপা খিংকোয়ে

ঔগ্রী-ও—কোল্লো ॥ ১ ॥

---

তাইবং পানবা অসি ওইনবা লাইনিংথৌগী থম্মোয়নুংদগী হোইদোয়রকপবু লাইরেম্বীনা য়াদুনা পুম্নমকপু পোকপি শেম্বি-রকইবা ইপা ইমা ওইবা মতিক মঙাল চাউবা লাইনা হয়া হয়া শাইওন তৌর-তৌরদুনা থম্মোয়নুংদগী হোইরকপবু লাইরেমমা য়াবিদুনা শাম্নরকপগুম তাইবং মীগী মপোক্তা মমানা নাউপুদুনা লাইনা শাইয়োল্লকপা অদুগী তৌবা ঙম্বা মতিক ময়াই, মীওইবনা তৌঙম-ওইঙমত্রবা থৌরম কয়া পাংথোকপিরক্লে। অদুনা তাইবং পানবগী মবুংঙোনা তেংবানবা অসিবু শেম্বিরকপা অহানবা মপুদি চীংঙু মখোয়নি খঙলে অদুনা লৈরিবা ঐখোয় ময়াম পুম্না-হুপ্না হেক লৈরিবা পুম্নমক হুপ্পুনা থোগল তৌরসে। অসিগুম্বা লাইগী পাউতাক ঈশৈ অসি থেংনররে, লাইগী মপোকসু থেংনরে হায়না লাইরেম্মনা শকখিবা ঔগ্রী লাইরোনবু চেংনা থাজরো ॥ ১ ॥

---

* অমাইবা পনম য়াংকোকচানা লেংবা শৈরোল

# ঔগ্রী লাইরোল

য়াৱা খোঞ্জেললেনগী—

লাইনুরা য়োমলোই-গে লাই পাখং য়োমদাং-শাং
খোইয়ম খোনফাং মশান-গনবু লেংতিন্না
লাইনুরা শংকন্ মফেললোইগা
লাইপাখ শংকন মফেললোইয়ে ॥
লাইনুরা অয়াম্বী লাইরেম্বী অৱাংবীবু
পরেং শানা কোয়না কোয়না
শন্ন-য়ায়দা লৈয়ে ॥ ২ ॥

---

লাইরেম্মা নিঙথিজরবীগী পুক্রিং হুরবা খোঞ্জেনবু মালংলগা তিনবনা মালং মানা হুমখিদুনা লাইনুরা লাইপাখংশিংগী ন'কোংদা হেক মৈরুবদা লাইরেম্মগী মমাম্নবী শাইগন তৌরবী লাইনুরা ময়ামগা লাইয়িংথৌগী মমান্নবা শাইগন ওইখিবা লাইপাখং ময়ামগা কাগবু অনি হৌরনা লাক্লগা ময়াম পূন্না তিন্নরে। লাইনুরা ময়াম্না লাইরৈমা লুচিংবীগা লোয়নননা লৈরে, লাইপাখ ময়ামসু লাইনিংথৌ শিদবগা লোয়নননা লৈরৱে। অদুগা লাইরৈমা লুচিংবী নিঙথিবীবু ময়ামগী ময়ায়দা থম্লগা মকোয় ওইনা পরেং শানা কোয়শিন্দুনা লাইয়াম্না তাকুনা লৈরে ॥ ২ ॥

ঔগ্রী লাইরোল (লৈবাক কায়দনবা তাইশিনবা)

হোইরৌ হয়া। হোইরৌ হয়া। হোইরৌ হয়া।
হয়া স ইংস হে হে হে হে হে হুপ্।
লমলেন্ মাদা মদাইমাদা
লমলেন হৌতৈগী পোইরৈ সেমতৈগী
লয়্গা সেমতৈগী কোললোয়ে।
য়োইমায়ায়দি তাউদন্বদি
থবি লৈজহনখিম্বনো কোললোয়ে হরিতৈগী কোললে।
চীংগু অরাংবগা কোরৌ অরাংবীগা
ঔরি থাংদা উঙাম থাংদা লিতোন রায়না কোমরমএ।
হংকেল কোল্লো হংকেল কোল্লো হংকেল কোল্লো ॥৩॥

---

তেংবানবগী মপু ইপা ওইবনা তেংবানবা শেম্বী ইমাদা ইপাদগী হোটদোরকপা ঈরীকপু ইমা ওইবীনা য়া-দুনা হন্ন-হন্ন জীবশিংবু পোকপি শেম্বিদুনা শন্দোকপিররে। অসিগুম্বা তেংবানবগী মপুনা তৌরকপা লৈশেম নোংশেম জীব জগৎ শেম্বগী নিঙথিরবা অকবা থৌরম অসি অকবা অশেংবা লাইগী খুবম ওইবা মকমদা ঐথোয় পুন্নমক হুপ্পা য়াওদুনা অকবা থৌরম অসি য়াওরসি পুন্নমক তিন্ন-তোৎনবা ওইরসি। অথোইবা লাইগী খুৎম থোক্লকতৈ পোইরৈ, লৈবাক অসিবু শেম্লকতৈগী হৌনা লাইশিংনা তৌরক্লবনি শাগোন-নরক্লবনি। অদুবু মুমিৎ কোবা লাইগী মঙাম্না থরায় পানবা পুম্ববু য়োকপি থাকপিবা ওইরবস্থ মঙাল লৈত্রবা অহিংগী মতমদদি ওই-খিসম্থ। মতুং অসিমক খ্বাইগী মপু ওইবা চীংগু অরাংবগা কোরৌ অরাংবীগা অনিনা পোাঙ থাংবদা থৌরী থাংবদা থৌরী লিতোন পায়না কোমরক্লবনি অদুনা হকচাংগী হং-তাং মপা চানা কোললো কোললো, কোললো ॥ ৩ ॥

অসাইদৈ উত্তাম থেংব-নোংগী
থেংগো-ও তৌনা কৌএ।
নীকয়ে শমনীক থেংগো চোইরে চোইরিক থেংগো ॥
ওয়রী থাংব-নোংগী ওগ্রী-শৈ
হংগেন থেংব-নোংগী ওকরী হংকেন-শৈ।
লোকলেন লাইজা য়িরম-শাং
হংকেন-ও তৌনা কৌএ ॥ ৪ ॥

---

মথক্তা পনগ্রবা হঙ্গেন্দা পোক্তনা থেংজিনবা অদুদা লাইয়িং-থৌনা থাংবা খোঙথাং অদুবু থেঙ্গো কৌই। অদুগা উত্তাম্না নীকপদা থাংবা খোঙলোন অদুবু শমনীক-নীক থেঙ্গো কৌই। উত্তাম কায়বদা চোংবা খোঙথাংবু চোইরে হায়বগী চোইরিক থেঙ্গো কৌই॥ লাইরৈমনা ঈনজিং থোরী পায়দুনা ঈল চিংলিদৈদা শকলিবা লাই-রোনশৈবু ওগ্রী-শৈ কৌই। পোক্তনা হঙ্গেন্দা থেংবদা চোংবা খোঙ-থাংগী ঈশৈবু ওগ্রী হঙ্গেনশৈ হায়না কৌই॥ অচোবা লোকচাউ অরাংবদগী চেন্থরকপা ঈশিংগী ঈরম অশাংবা ওগ্রী উত্তাম থেংখিবা ঈশিং মরীল, তুরেল অদুবু হঙ্গেন তুরেল হায়না কৌই॥ ৪ ॥

---

N.B শমনীক-নীক, চোইরীক হায়বা থেঙ্গো অসি থেঙ্গো অনি হায়না নৈ। নৈবাক্তী বাখোক লাম্থোক নৈরবা অমদি নৈবাক কায়রবদা কায়দনবা তাইশিন্নবদা থেঙ্গো অসি শানৈ॥

হঙ্গেন তুরেল, অরাং সেকমাই মথা নীলকুঠিগী লমদা চেল্লিবা কোইরেনৈ মথক্তী অরাংদা চেল্লিবা তুরেল অসি হঙ্গেন তুরেল্নি। থোদোরোল পুন্নানা হায় :– তুরেল অসিদা করিগুম্বদা মথি কোংলকপদা উত্তাম তাউই হায়নৈ।

(কল্তনবা তোগে হায়রবদা)

মালেম চৌকৈগী লয়্গ-হোকৈগী
কোরৌ হোৌকৈগী নোংগ-চৌকৈগী
লয়গা সেমকৈগী লয়মায় তেমকৈগী।
চাখাবীগা পোংলৌতোনগা
পুম্নুং থাইয়ে শংলৌ লেক্লবদা
মনা লেকলবদা শামদোন অয়াংবনা
থাঙপাক মরী কাওথংলে নেৎথংলে থদংলে।
মরী নেৎথংরাগী হৌনরকয়ে।
য়াইবি হোৌরে মম্নুং হোৌরে মহৌ মহৌ কাওথংলে ॥ ১ ॥

---

লৈবাকলৈমগী মশক ওইবী মালেম অসিগা অহাওবা অতি-য়াগা কোম্নবা লৈরিবা নোংলৈবাক্কা মরী লৈনহন্দুনা লৈবাক অসিবু লয়মায় তেমগনা শেম্লকলৈদা চাখাবীগা পোংলৌতোনগা অনি-মক্না কোম্নুং ওইনবা পরিং থাইএ, মম্নুংদা হরাই থাঙপাক থাদুনা অনৌবা মরীগী মনা অশংবনা লেক-লেক লাউনা কারক্লবদা অহিং অথেঙবদা শগোল অপাইবা শায়দোন অয়াংবনা পাইরক্লগা পরিং থদংলে; হরাই থাঙপাক মরী নেৎথংলে কাওথংলে থদংলে। থদংলিবা মওং অদু উরগা কোংলৌতোম লৌথিবগী কাওবুনা শাউনরকয়ে। ঙাকপা ঙমখিদরে। হম্না হন্না কাওথংলে। ১ ॥

---

N.B. ছৈশৈ অসিদি পঙ্না শরুদে মওংদি থুৎ শম্নগা থোঙ কাওনবু কাওনা পাঙ্গলথেক্না কঙ্ছি থোক্না খোঙচোং চাউনা পরেং থদংলগা মমৈ মকোক নাইনা চোংগনি মমাম চরাঙননা লোইগনি ॥

# তরেৎশুবা

## শৌবোন য়াইরেন চনুগী ( অঙোমগী ) জগোই

হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া
হয়া স ইংস হেহেহে হেহেহে হে হুপ।
লমলেনমাদা নোইএ, মদাইমাদা নোইএ ॥
য়াইরং চেংলৈ লম্মহন্দা হে য়িয়ো
নম্লবা নঙবু চৈনম্দনা হেয়িয়ো ॥ ১ ॥

---

তেংবানবগী মপু ইপাদগী হোইদোরকপা ঈরীকপু তেংবানবগী মপু ওইবী ইমানা য়াবিদুনা তেংবানবদা শন্দোরক্লিবা থরায় পানব ঐখোয় পুম্নমক হোদুনা পুকচেল শেংনা পুন্নপ পুম্না অমত্ত ওইনা তিন্নদুনা অফবা অশেংবা লমদা তেংবানবগী মপু ইপাগী অমদি ইমাগী মতৌ মওং তমদুনা অহলনা অহলগী নাহানা নহাগী য়োৎচৈ কানবা লৈতবা মতৌ তমসি। লাইরৈমগী মফম লৈমকোন ওইবা রায়রং লমদা অমদি চেংলৈ লমদা জগোই শারো হয়াউরো মুংঙাইরো ॥ ১ ॥

---

শৌবোন য়াইরেন চনু=অর্থাৎ অপা লৈতবী পেরে শোগুম শৌবী অচা-অথক, সনা লুপা পোৎলম পুম্নমকপু রাৎহন্দবী তেংবানবা মপুগী মচা ইবেম্মা।

লমলেন—অথোইবা, অফবা, অশেংবা লম ॥ লাইগী ওইরগা লাইশঙ মান্দোপনচিংবা অশেংবা মীয়াম তিনবা য়াবা মফম। নিংথৌগী ওইরগা কোন্থং অমদি রাজেন-চৈরাক শঙ।

লমলেন মদাইমা=মথক কূপ্লবস্থ কূপত্রবন্ধ অচৌবা মফম, অপাকপা মীয়াম তিনবা য়াবা অফবা, অশেংবা মফম ॥

লমলেন হৌৱৈঙগী পোইরৈ হৌৱৈঙগী
হয়িৱৈঙদা, ঙাগী নিংথৌ মেহেন্দ্রনা
নিংথৌ মপুথিবা কৌনা
খুরাই খুনফম-লেন্ কোন্নুং অচন্‌বা
খুরাই অহোঙকৈদা পাল্লমমৈঙ
কোরৌ সুমিৎমাদা রাৎমলকএ।
ইমোম শৌপোন য়াইরেন চনু
শনম্ ঙাইথিংতোন অতোনবী
ইপল লোইভাম কুম্‌তম্ লৌদা
থানলৈ লৌভা-রুরো ॥ ২ ॥

---

অথোইবা অফবা লম পোইরৈ পুংময়োল শেল্লকপদা থায়না মমাংমৈঙ ঙাগী নিংথৌ মেহেন্দ্রনা শাইওন তৌরক্লুনা নিংথৌ মপুথিবা (পুথিবা) কৌরগা খুরাই খুনফম অফবা, নিংথৌগী কোন্নুং অশেংবা খুরাই অহোঙগৈদা পাল্লকমৈঙদা নোংমা সুমিৎ অমদা মচা ইবেম্মা শৌবোন য়াইরেন চনুগা মনাও ইবেম্মা শনম্ ঙাইথিং অতোনবীগা (সনা খোংনাং লৈমগা) অনিমক্তা থোদাখি। ইপাগী ইবেম্মা। নচিল ননাও নখোয় অনি ইপাগী লৌভাবা মতম (কুম) ওইরক্লে। নচিন ননাও লৌতারু ॥ ২ ॥

---

অহোঙকৈ=চান-থক্লবা পোৎলম, মীওইবনা কায়গদবা পোৎলম হোঙনা চাওনা মরাং কায়না ফংগদবা মফম (কম্)।

পনথৌ পাউমেন্ ৱাগী খোইমোম লাইরেম্মা
শোবোন য়াইরেন চনু শনম্ ঙাইথিংতোন অতোনবী
শানৌ মচিল মনাওনা মপল কোলোয় ময়াথংগী
লমলেন মদাইমা হৈয়েমচীং খুঞ্জাল লালুথেন
শোবোল পলেম য়ায়বু নাতৈননা
থানবৈ লৌতাগে হায়বগী
লাংলেন কোংয়াং ৱারুকোল্ শাবদা
খোৱৈ নিঙতুম্বা তেৎনৌ য়োৎফাকপবু
য়োৎলৈ লোংনা ফান্না চেংলৈ উমুংতা
মপল লোইতাম কুমতম লোৗদা লৌতাখিএ ॥ ৩ ॥

---

মপা নিংথৌনা হায়বা কোলোয় ময়াথংদগী শোবোল য়াইরেন চনুগা মনাও ইবেম্মা শনম ঙাইথিংতোন অতোনবীগা মচিন মনাও অনিনা মপাগী পাউতাক মতুং ইন্না অথোইবা অশেংবা মকম মহৈ-মরোং চিঞ্জাকশিংনা মৱাং কায়না লেম্ন পানা পৈত্থনা লৈবা মকমদা তাইবং মপোক ওইরগা মুংশি মুংওন ওইনবা য়াকাকনদা (পুনকমদা) শোবোল্ মম ইংবমগী য়াইবু লৈগা ময়ুম থাদোক্লুনা লৌতারুগ হায়দুনা ৱা মরূ কোন্তুক তৌবদা, মনিঙ তুম্বা ময়া ফাকপা (পাকপা) য়োৎ পাল্লগা (মথুপ হুন্তুনা পাল্লগা) লোংনা হাইগৎপদা নোংথাং কূপকুম ইরং লংলত্থনা চেংলৈ লমগী উথাম হোৎবা লমদা মপা ইবুংঙোগী লৌ উমগী মতম ওইরে হায়দুনা লৌতাখি ॥ ৩ ॥

---

খুঞ্জান=হূ ণিনবা অনিনা পম্থুংনবা মফম। লালুথেন—লাইয়াম তিনত্থনা তাইবং মী পোক্লবগী থমবা মফম, লান্দা ফারকপা মী মহৌক পৈবা মফম। হৈয়েমচীং—খুঞ্জাল লালুথেনসু কৌই।

য়োইবু খাঙচেৎ মচি-লাং লাংলেন কোংয়াংয়ারুকোল
তেংকোক হৈরোইনাই খুংপাক তিলাই-মেন্
য়োংলৈ নোংথাং কূপকুম্না থৌরৈ তোন্গ-লং।
হারু নোংগ ফৌ লৌরী শুংদাই-য়ান্
পীরেন চিতাই-খোম্ হারু নোংগ-ফৌ
তেংপাক লালু-শা হাওশি গুম্গ-নাই
কোংয়াং খাঙ্তপ্ লাক্লা অশৈ খোলমাম্না
য়োইময়াই তাউদনববু মতিক থানা শৈশকনৈ এ ॥ ৪ ॥

---

লৈমকোনগী নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অনিমক্লা খাঙচেৎ মচি থাদরগা কম্না খাংদা লাকশিন্দুনা রা মরুদা য়োৎনিঙ চনবা য়োৎ পায়দুনা খূৎ অনিদা তিল থাক্লা চেৎনা পায়রুনা লৈবাক তোবদা য়োৎনা য়াংনা হায়গৎপনা নোংথাং কূপ্পগুম্না য়োংলৈ মতোন্দা ইরং লংই। অসুম্না লৈবাক তোবনা হারু মথক মখা ওন্দুনা সুংশাদা ফৌবনা তেংপাক্লা মতুম তাবা কোকী মতৌগুম পিক্রুনা মতুম তারদুনা মতেক মতেক গুম্ নাইনা য়ানবদা য়োংখোক ময়ায়দা পায়রগা খোম্হোক মাম্না অশৈ শক্লহুনা কোরৌহনবা সুমিৎকী মতিক-মগুণ শৈথারদুনা শৈশকনৈ ॥ ৪ ॥

---

N B. লাইব্রেরী মচিন মনাও অনিনা ফৌ য়ানবগী মতো অমসুং কোরৌহনবগী মতিকপু খোঞ্জেল খোন্থাং মাম্না শকখিশা অশৈদগী লৌতা অশৈ অমদি লৌতা জগোই ওই।

## অহানবা লৌতা লাইশোল।

কুম সনা কুমলিক-লাই
অরাং চৌংথং লাংদা কুমওই তিনবা কুমবু
পোকপিনা পোকপি-হন তাইরোংনা তাইরোং-হন।
কেগে য়াংখোংচম নিংঙোনবী
লাংলেন কোংয়াং মচৈশু কৈনা ওনবি মকুমশা।
খোইনাইচম নিংঙোনবীনা খোয়মা নারোন-সুংদা
লাংচেন তোনগা কাকনা
কাওরেন শনখোঙ্গুন্দা মিয়েংহৌবাকুম॥ ৫॥

---

কুপ্লবা মতম্না পুনশিল্লকুনা ওইরক্লবা মপুং ফারবা নিঙথিরবা মকুম-মথা য়ৌরক্লবদা অরাংবা অতিযাদা ঈশিংগী মরিক্তা সুংশিংকা সুংশাগা তিন্নদুনা নোংজু পান্থা ওইরক্লবদা মালেমদা লৈবা উ-রা নাপী শিংবী পুম্নমক্তা নোনা য়েন্নিং চোংলদুনা পান্থী মচা কয়া কয়া হৌহন্দুনা মালেমগা কোরৌগা অনিগী ফজরবা মতম, সনাগুম নিঙথিরবা মতম ওইরক্লদুনা ভাইবংপান্দা লৈরিবা থব্রার পানবা অচৎ-চত্ত হেক লৈরিবশিংনা মচা পোকপনা-পোক য়েন্নিং হুনবা মপাল শাবা মহয় য়ানবনচিংবা, কুমগী মতম ওইবনা নাহৌরোইদ্ দোবগুম হৌনরকই। কেগে য়্যোইব্রাং মায়কৈরোমদা হৌবা রারোয় মচা, চৈশু ওইবা য়াবা কাওবা ঈশিংপুবা সুংশিংনা হুম্বদগী ফৈনা লামথরকপা মতম্নি। লৈনুংদা মহুম শাবা খোইগী জাংসু লৈপাক্তা চোংলকপনা খিকলোয়-লাং মতোন্দা কারগা লৈনরবা অমদি শন খোঙ্গুন্দা ঈশিং তুংন্দুনা মিয়েংবা য়াবকাওবগী ওইবা নোংজু পান্থা ওইরক্লবা কুম্নি॥ ৫॥

চেকলা তোনতৌ মুমমোইবনা
লয়তাং শেকনা তানা
পামেন উহয় চানা ভাউনৈব-কুম
হুপলেন্‌না পুংমায় লোন
থয়োনা মুংকাংশা হৈকক্লা নারেং-থোং
থাংচিংনা কেপাক হোবা কুম্ন
কুবী মমুং ওইবা কুমবু
কুমনোং তমবু তমলিয়ে।
থানোং তমবু তমলিয়ে।। ৬ ।।

নাকেম্বাগী মতুংদা য়েম্নিং মতম ওইরক্লদুনা মকম পুম্বা অনোবা য়েম্নিং হুল্লকপনা অপিকপা অচোবা উচেকশিংনা শিঙনাং তৌ-মন্তোলনচিংব। অমদি উতোল রাতোয়চিংবদা মকোন শাদুনা লৈবা মরম্মা লৈপাক্তা চৎপা হৈজবদগী শেক্লা-শেক্লা চৎলদুনা উহয়-রাহৈ নিঙথিরবা, মহাউ লৈবা পোৎ চাবদগী ময়াই কারদুনা লয়্‌ন-লয় না ভাওনা-কৈনা পাইনরকপা মতম (থা) অদু ওইরক্লে। মালেমথক্তা হৌবা ভিঙ্গোই হুপনচিংবা নাপী শিঙবীশিংনা ক্রক্ক-ক্রক ঔনশিন্নবা কৌরক্লবা মতমদা ঔশিংদা হোবা পাম্বী থয়োম্ন লৈনুংদগী থিনগৎলক্লে অদুগা হৈকক্লচিংবম্ন মামা কূংনা য়েৎশিন-য়েৎশিনদুনা হোরকপগা লোয়ননা থাংজিং পাম্বীশিংম্ন অনোবা মনা পাকথোক্লকইবা নিঙথিরবা কুমগী মতম ওইরকপদা পুক্লিং ময়োল চোংনরকপগুম কুমজা খুদিংগী মাগী মাগী মতমনা থুংলবদা থাজবী কুমম্ন নোংদরকই। ৬ ।।

কুবী=উন-লি, বাউরি। কুমজা—ঋতু। চিনবী—বসন্ত, কানবী=ওলাংথা মসো=নোংজুথা, অচি—শরত, অচিক=হেমন্ত, অসিং=শিশির।

( লৌতা ঈশৈ )

য়োইময়াই তাউদনবা মপল থৌবী মনুং
লাইরেল সাকবী সনা লিনকোইগী
নোংপোক নাহা সাকবদি নোংপোকয়ায়দা
খাগী লোইমাতোল অয়াং মচৎলম্
মুমিৎ সনা মৈকোইগী লমগা-তৌনা
লেঙ-লেঙ খোঙকারকলে হায়না
অশৈ খোলমায়না শৈশকলিঙৈদা
নোংপোক খাগী নাহা সাকবা
লাংকোই সাকোল অপাইববু শয় খোঙওইনবা
সনা কোয়ী চিমপুল খুত্তা শূনা
লুপা হংচৈ লেংদা থোংবনা
সানৌ মচিল মনাওবু পাউহংলকএ ॥ ৭ ॥

---

তেংবানববু য়োকপি-তাকপিরিবা মনুং মপাল খায়দনা পুম্নমকপু অয়াৎ-অপা লৈহন্দনা য়াইগী মশক ওইনা খোক্লিবা হে মুমিৎ কৌবা লাই-ও। নঙবু পোকপী ল্লাইবককবী অথোইবী নমা ইবেম্মগী মপুক মনুং নোংপোকী লয়থৈ অয়োইবা লৈখাদগী খোরক-লগা অরাংবা অতিয়াদা কাখৎপনা মহৌশাগী ওইনা ইকায়-কায়দবা লমচৎ চৎলিবা নহাক্না নঙগী নিঙথিরবা নঙাল কাঙ-হন্দুনা তেংবানবগী থবায় পানবা পুম্নমকপু য়োকপি থাকপিদো। অথোইবা অহেনবা মৈগী মকোয়গা লোয়ননা লেঙ-লেঙ লাউনা ভনিক-ভনিক্লা কারকপা ইবুংঙো হায়না শৌবোন য়াইরেন মচিল মনাওনা খোম্থাং মায়না ঈশৈ শক্লিঙৈদা মুমিৎনা মশাগা কোয়না কোয়ি মচু মাল্লবা মঙালগী চৈবুল পায়না শগোল তোংদুনা অঙৌবা মঙাল মশেক শন্দোক্নুনা শৌবোল মচিল মনাওদা ন্না হংলকই ॥ ৭ ॥

শোবোন য়াইরেন নিংথৌচন্নু সানৌ নচিল ননাওনা
লাংয়েন কোংয়াং য়ারুকোন ভেংকোক হৈরোইমাইবু
খুৎপাক তিলাইমেন য়োৎলৈ নোংথাং কুপকুম্না
থৌরৈ তোম্ গ-লং য়ারু নোংগ-কৌ
খানলৈ লৌভাবদি কোয়ৌ নোংপুম মঙানিগী
ভেংপাক মপুমদুবু কয়া শুরবনো হায়না পাউহংএ ॥ ৮ ॥

---

নিংথৌগী মচা ইবেম্মা শোবোন য়াইরেন চন্নু। শানৌ নচিন ননাও নখোয় অনিনা য়ারু অকোনবদা হুকপা য়োৎপাক অদু খুত্তুম চেৎনা পায়দুনা অরাংবা নোংথক্না হায়গৎপদা নোংথাং কুপকুম্না য়োৎলৈ নাইনা-নাইনা লৈবাক ভোদুনা ইরং ইরং লংবা হাইদুনা কাক মথক মথা ওল্লগা কৌরদুনা সুমিৎ ৫ নি চুপ্পা লৈভৌবদি ভেংপাক মপুম লালু কয়া শুরবগে, য়োৎলৈনা মশীং কয়া শুরবগে হায়না হংলকই ॥ ৮ ॥

---

N.B' মফম অসিদা শোবোন য়াইরেন চন্নুগা সুমিৎ কোৎবা লাইগা য়ারি শানম্নিবা অসি অশেংবা সুমিৎপু নত্তে। মতম অদুগী লৈবাকী চৎনরোল নিংথৌবু সুমিত্তা প্রমান ভোদুনা হায়বা য়াহৈনি। মসিগা সুমিৎ কাপ্পা পুয়াগী বারীগা অনি অসি অশেংবা সুমিৎপু নত্তে নিংথৌবুনি খল্লন-বিগনি। শোবোন য়াইরেন চন্নুগী নিংথৌদি থাগী নাৎ শাকপা কৌই। অশেংবা সুমিৎ নত্তে হায়বসি থোৌরোল, থৌনিরোলঃ মায়াৎলোনগী য়াহৈশিংনা ভাকই। সুমিৎ কাপ্পগী হুমিৎ অনিদুদি পাথৎবগা অতোয় নিংথৌগা অনিবুনি।

খোইমোম লাইরেম্মা
সানৌ মচিল-মনাওনা
কোয়ৌ শিঙবুম মঙানিগী
তেংপাক মপুম থীঙমদবগী
তাংজা মরু লুক্রা ছুইয়াই শেনকোইখিয়ে।
য়োইময়াই তাঙদনবা
নোংপোক থাগী নাহা সাকবসু
নোংচুপ ঙমথংনখিয়ে।
সানৌ মচিন মনাওসুং
থানলৈ লৌকা য়াঙ্‌লক্লেদো
হেয়িয়ো মপল নিংথৌ
মপুথিবনা পাউহংলমএ ॥ ৯ ॥

---

খোইমোম লাইওইবা লৈমকোনগী নিংথোগী মগা ইবেম্মা মচিল মনাও অনিনা সুমিৎ মঙানি চঙনা তৌরকপা য়োংলৈ মশীংগা তেংপাক-মপুম মশীংবু হায়বা ঙমখিদবনা য়াথং তৌরগা ঙ্কাযহ্নুনা মমায় লূকথহ্নুনা লৈখি। মতৌ অসি উবদা সুমিৎ হায়না শৈথারিবা নিংথৌসু মমায় ওন্দুনা ময়ুম মায়কৈ পাংথরে। খোইমোম য়াইরেন মচিল মনাও অনিসু তেংপাক য়োংলৈ মশীংবু য়াথং লাথা কংদবা মরম্না লোকমদগী থুনা-য়াওনা হল্লক্রু, মতৌ অসি উবদা মপা ইবুংঙো নিংথৌ মপুথিবনা ইমোম অনিমক্তা করি তৌরবগে, বারম করি লৈবগে হায়না হংলমই ॥ ৯ ॥

হে ইথোম সানৌ নচিল ননাওদি
করিগী খানলৈ লৌকা য়াঙ্লক্পনো
হায়না পাউহংলম্বু—
হোয়দা ইপল নিংথৌ।
খাগী নাহা সাকবনা কোয়ৌ সুমিৎ চুপ্না
খানলৈ লৌতাবা মঙানিগী তেংপাক মপুমথুবু
কয়া শুরবনো হায়না পাউহংববু
নমোম ইপিংঙানা তেংপাক মপুম খীঙমদবগী
খানলৈ লৌকা য়াঙবনে হায়না পাউখুময়ে ॥ ১০ ॥

---

শৌবোন য়াইরেল চন্নুগী মপা ইবুংঙো নিংথৌনা মচিল মনাও অনিদা ইপাগী ইবেম্মা। নচিল ননাও নখোয় অনিদি লৌয়ানকমদগী করিগী ভকিং-ভকিং কারকপনো হায়জুনা হংলবদা মচা ইবেম্মা শৌবোন য়াইরেনগা মনাও ইবেম্মা সনম ঙাইথিং-ভোন অতোম্বীগা অনিনা খুমলকই। ইপা নিংথৌ পম্মৌ অপোকপা। ঙসি কোয়ৌ সুমিৎসিদা নিংথৌ খাগী নাহা সাকবনা লাংগোই শগোল তোংজুনা লৌফমদা থৌজিল্লক্লগা শানৌ শৌবোন য়াইরেন চন্নু। নচিল ননাও নখোয় অনিনা সুমিৎ ৫ নি চুপ্পা লৌয়াল্লকপবু য়োংলৈ মশীং কয়ানো তেংপাক মতুম কয়া শুপ্রবগে হায়না পাউহংলকপদা য়োংলৈ মশীংগা তেংপাক মশীংগা হায়বা ঙমখিদবনা ঈকায়মনগ্রজুনা লৌয়ানকমদগী ভকিং ভকিং লৌকায়ল্লবনি হায়না খুমলকই ॥ ১০ ॥

ইমোম পেশ্মা-ও।

নপল নিংথৌ মপুথিবা ঐবু নোংমনগবয়া।
শিদয়োইএ হায়না পাউহংনরিবৈৱে।
ইমোম করিগী ভাংজা ঈকায়রুবনো।
হয়েং কো'রৌ মুমিত্তি থাগী নাহা সাকবা।
নঙগী নোংপোক মরাইভাদগী খোঙদোইবা।
লাঙোই খুরুপ খোঙথাংবু কয়ানো পাউহংও।
নপল ঐস্ থানলৈ লৌভাগে পাউমেলএ।
কৌবা চীংলেন নোংগা ভাল্লবদা মপল নিংথৌসুং
থানলৈ মুপুংথক্তা ইনলুম নাউশং অমনা
থাদ-থা ইনলুম অমনা থক্তা-খোয়া ভাইথয়ে ॥ ১১ ॥

---

ইপাগী ইবেম্মা ইমোম অনিমক। নপা নিংথৌ ঐহাক শিদরি, এহেং শিগদরা শিরোইদবরা খঙবা ভমদবা রাবু মহারা হংলগা করিগী ঈকায়রুবনো। থাগী নাহা সাকবা নঙসু মুমিৎ থেনি চঙনা নঙাল চাউনা শগোল তোংদুনা লাকপবু শগোলগী খোঙথাং কয়া শুরবগে হায়না হংও। নপা ঐসু হয়েংদি লৌকুমগে। রারম অস্তুম পাউমেম্রদুনা অহিং অদু লেমগা শৌবোল মচিল মনাওগা মপাবুং মপুথিবগা লোয়ননা লৌকুম-জরে। নিংথৌ মপুথিবনা ইমোম অনিমক। ইপা লৈ হায়বা খঙহনগদু হায়দুনা লৌরী অরোঙবা মথক্তা য়েনপাক অমা থাদ-থারগা মথক্তা য়েনপাক অমনা কুপ্নগা হিপথদুনা ভাইদুনা লৈরে ॥ ১১ ॥

নিংথৌ খাগী নাহা সাকথদি
নোংপোক মরাইতাদগী
থোঙলেন নাতৈ-কাঙ
লাংকোই খুরুপ মান পল থৌরক্লবদা
খানলৈ য়ুপুংথক্তা
শোবোন শাইরেন চন্থনা পাউহংঙমএ।
হা নিংথৌ খাগী নাহা সাকথা-ও
কোয়ৌ সুমিৎ মঙানিগী লাংকোই মখূনেৎকী
ভাংজা খোংখুন কয়া শুরবনো পাউহংএ ॥ ১২ ॥

---

খাগী নাহা সাকথন্থ মতিক মঙাল চাউনা, লেম্না, নোংপোক মায়কৈরোমদগী লাঙ্গোই শগোল তোংহনা শগোল খুরুপ থানা কয়া থৌরক্লুনা লাকপনা, শোবোন য়াইরেন চন্থ মচিল মনাওগী লৌয়ানকমদা হেক থৌরকপদা লৌরী অরোংবা লৈতোঙ মথক্তা ক্লাংথকপা হায়রকই। হে নিংথৌ খাগী নাহা সাকথ-ও। নিংথৌ নঙনা নশঙ্গায়দগী শগোল তোংদুনা কোয়ৌ সুমিৎ চেনি চঙনা মথম অসি য়ৌনা লাকপবু নহাক্কী লাঙ্গোই শগোলনা থাংককপা শগোলগী খোঙথাংগী খোঙ্গুলবু কয়া শুরবগে হায়না হংলকলে। ১২ ॥

---

N.B. মথক্তা পঞ্জপ্রিবা হৈরেম খুঞ্জানগী মহুংগী অর্থদি অথুপ্পা বাকমগী মওংদস্থ লৈ। হৈরেম—ময়ুম পাম্রিনী হূপী অহুগা ময়ুম পা-বা ফংদ্রবী হুপীবুস্থ খঙনৈ অহুগা খুঙান হায়বনা হুপী হূপা অনিগী হুংশিনবা মওংবুস্থ খঙনৈ। অহুগা মমাং ইন্দ্রাংগী মথাদা লৈবা অহিবা খুনবুস্থ খঙনৈ।

কোয়ৌ সুমিৎ মণ্ডানিগী

লাঙ্গোই খুনেৎ খোঙ্গুল থৌওমদবগী

নিংথৌ খাগী নাহা সাকবদি

তাংজা ঈকায়খিয়ে হুইয়াই শেনখোইয়ে।

তাংজা মরুলুক য়াংলৌ চৎলম খওদনা

কোইচাইনবনা ইনলুম নাউশংথক্তা

লাংকোই খুনেৎলবগী

নিংথৌ মপুথিববু শিগবরা শিদথিএ।

ভুরেল রাইখুবীগুম থূনিরোনখিএ ॥ ১৩'।

---

নিংথৌ খাগী নাহা সাকবদি শোবোন য়াইরেন চমুগী রাহং তাবদা সুমিৎ মণ্ডানিদা লাকখিবা শগোলগী খোঙথাং খোঙ্গুল মশীং হায়বা ওমদবদগী মায়থোং মকশিন্দুনা ঈকায়বনা লৈকম খণ্ডখিদ্রে। মমায় লূকথরদুনা লৈথিবনা মায়কৈ খওখিদ্রে, লম্বী চৎকম খণ্ডত্রদুনা লৈশন-লৈশন্দুনা চৎলম্বদগী য়েনপাক্তা কুপশিন্দুনা লৈরিবা নিংথৌ মপুথিবগী মথক্তা শগোলনা নেৎলুরবদা মপুথিবদো শিরগবরা হায়দুনা মচা ইবেম্মা অনিগা খাগী নাহা সাকবগা মখোয় অহুম চণ্ডদুনা লাইকয়বদগী শিবমক্তি শিদরে। ভুরেন্দা লৈবা রাইখুগী মনমদা লৈবা মরিগুম নিংথৌগী নঙ্গন্দা খোঙ্গুল ময়িদি লৈখিয়ে ॥ ১৩॥

---

N.B. অনা লাইকয়বদগী খাগী নাহাগা শোবোনগা অনিগী হুংশি পনথুং য়ৌনথি।

## ( শৌবোন লাইরেম্মগী লিচৎ ঈশৈ )

ঋোইবু খোইমোম লাইরেম্মা
শৌবোন ঋাইরেন চম্নু
সানৌ নচিল্ল ননাওগা
নশাবী নিংখৌ খাগী নাহাগা
খোইয়ুম নখোর অহুমমানা
চিংকোই পাউলান নচুনা
মালেম হৌৈভগীবু চীংঙু কুমকাউদনা
লোইভাম শচিকোই কুমহো-থা
সুমিৎ চৈচেন্দবা অসিদা সানৌ নচিল ননাওনা
নপল লোইভাম কুমতম লৌদা ॥ ১ ॥

---

নিংথৌগী মচা ইবেম্মা লৈমকোনগী খোইমোম লাইরেম্মা শৌবোল ঋাইরেন চম্নু নহাকা ননাও ইবেম্মা ভাইখিংভোনগা নশাবী ইবুংঙো খাগী নাহা সাকবগা খোইমোম নখোর অহুম্মক্লা পাউরৌ পাউখোং তৌনদুনা ভাঙন-শক্লখিবা কুমজা থাজ মতুং ইম্না চহি থুদিংগী অকাউবা লৈতনা ভম্তনা মহৌশা মালেম লৈশেম্বা লয়হৌ নোংহৌ তম্নকপগী মতৌবু মরম কায়বা লৈতনা কুমজা থাজা ওইরকপা লোইদাম শজিবু থাগী অহৌবদা সুমিৎ অফবা য়েংলগা নপাবুংগী লোকমদা লৌয়ানখিবগী কুমজা অচুগী মতম ওইরক্লে ॥ ১ ॥

খানলৈ লৌতাগে হায়বগী
নদাইরেম পোইরে খুঞ্জাহপ
তয়ম নাইচা তিন্
অশৈ খোল্‌কাং-লেং
অমাই নাকলৌ শীন্না
চৌংণু নলম্বু খোইয়ম নমাইবা
অশৈলোদা য়োইরেন লোদা
অনিমানা হাওসিঙমগ-চিংনা
কোংয়াং থাঙ্‌তপ্ পায়
য়োংলৈ নোংথাং কূপকূম
তেংপাক লাল্লু-শা হারু নোঙ্গাকৌ
পোয়োম মতা-সম্ ॥ ২ ॥

---

খুঞ্জা নাইজা ওইনা লৈজবা ননাই ঐখোয়না লৌবুক্তা লৌতাগে হায়দুনা পোইরৈ মীয়াম হুপ্না মীনাই মীশন পূম্বা তিম্না শৌখোন য়াইরেনগী লৌতা ঈশৈনা ঈশৈগী খোঞ্জেল খোম্থাং মাম্না শকচদুনা খোঙবু-খোঙবু পরেং লেং, অমাইবনা নাক-য়েং চপ্লদুনা লাইগী থোয়ম শিল্লিবা লাইলম্বুগা, লাইগী মাইবগা অনিন্না মকোক চিংদুনা ঈশৈ শক্ল-শক্লা, লৌশূ-লৌয়ান মওংদা অহৌ অয়োই নাইনা, মকোয় শানা লেপ্তুনা য়োংখোক থাংতপ পায়দুনা য়োংলৈ নোংথাং কূপকুম্না হাইগংলদুনা তেংপাক মতুম-মতুম লাল্লু শানা য়াল্লগা লৈবাক মথক মখা ওল্ হারু মথক-মখা ওল্লগা মুংশাদা কৌবা পোয়োম নাপি মকক্-মকক্ কক্লুনা ॥২॥

কাইখেৎ মরু-তুপ
চুবা খুমন-তান্ মাংদো মমৈ-শম্
মাহি কোকতাই-তুপ লৌরি শুংদাই-মান
পিরেন মচি খোম্বনচিংবা
পাউশাবরু শৈশক্ত্য
খোইয়ম নপাউতোমবু তেংথানা
লৌরি শুংতাই-মান
পিরেন মচিখোমনা
খানলৈ ওমগ থু'লেদো হেমিয়ো।
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বা
শোবোন য়াইরেন চনু
মালেম লয়হোৌবী কোয়ৌ নোংহোৌবী
শিদবা মপান থাবী নাদব মউ লিংবী ॥ ৩ ॥

কাইখেৎ নাপিবু মরু কক্, উচি মখুল তোখায়বদা উচি চেন-খোকলকপবু য়োৎনা মমৈ ককপা-য়াউ মাহি মকোল তোখায়বদা মাহিনা চেপ্পোক্লকপবু মকোক কক্লুনা লোয়া কাচিন য়াম্রি। লৌরি অচোবগী নাকল অনিমকপু হাইনা য়ান্ খিবা লাইরেম্বনা তোখিবা মওং মতৌদু লৌদুনা শকখিবা শৈশক অদুগা খোইয়ম লাইরিংথোপা লাইরেম্মগা মখোয় অনিনা ওাওন শক্লখিবা মায়ম মায়ীনা ঈশৈ ওইনা শক্লুনা লাইগী মতিক অচোববু তেংথানা খোইয়ম মখোয়গী নভৌ তম্না লৌয়াল্লকপনা লোগী মওম থুংলক্লে। হে লাইরেম্মা ইবেম্মা নিঙথীবী লৈমকোনগী ইবেম্মা খোইয়ম লাইনা লাংওনবী শোবোন য়াইরেন চনু ইবেম্মা মালেম লয়পাক লয়শেম্বী কোয়ৌ নোংহৌ ওইরকপা শিদব মপান থাবী নাদব মউ লিংলিবী ॥ ৩ ॥

মপাল নিংথৌ মপুথিবগী লোইভাম কুপ্তমলো
মালেম নৈবাক মনমশিংদনা
কেগে চাদি শিদ-কো নোংঙাই চাদি নাদ-কো।
নোংপাল লোইচা অয়াংবা
লোইমোম কৌরম ভরেৎমাবু থাংঝি চোইনা-লং
য়ামচেং লয়কুপ শীরসিদো।
য়োইবু নরনকুবু নদাইরেন নমু মীপুম শেংনদা
থাংঝি মপাল কা-নবা
লোইমোম মহয় চুখবু লনকুবিরম-ও ॥ ৪ ॥

---

নপাবুং ইবুংঙো মপুথিবগী লোকমদা কুমগী লৌষ্টবা মতম ওইরকলবগা লোভাবা থাজা ওইরবদা নৈবাক মকুপ্তনা অকুৎ-অভোং নৈতেম মাম্ননা শেম্লবদা মোইরাং লমগী মীশিংগী থরায় হিংন-কো অদুগা খুমন মচাগীনা চাবদা মরেক মহাউ হেন্দবা নাদ-কোনচিংবা অঙোম ফুরুপ্পা পুথোকপা ফোরমশিংগা কোগী মথল ভরেৎমকপু পাম্বী ওইরম্লবা চোইনা হুদে। মথক্তা নৈকুপ শীরসি হায়দুনা কো হুনবা লোইরগা মীয়াম অমত্তা চোইথোক্তনা থক্তা নৈকুপ শীজরে। হে লাইরেম্মা ইবেম্মা নঙনা থৌজাল-বিদুনা ননাই ওইবা মীওইবা ঐথোয়বু অমত্তা মশীং য়াঙনা কোপাল মরেপ কা-নবা. মহয়-মরোং চুয়া পানবু থৌজাল-বিরমও ॥ ৪ ॥

ইপাগ্নী ইমোম ওক্লবা কোখা কাউথূম তাঞ্জেমসে।
চিংখোং ইপুং মনাও ওক্লবা লিক্লু থম্বাল লাঙচেমসে।
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা শোবোন য়াইরেন চম্নু।
নদাইরেম তাইবং থবাই পূম্বু
খোজাল তাইহেল নাইদনা
লনকু হৈবী নহাক্কা
নশানৌ তম্ফাতোন শনম ঙাইথিংতোনবীগা
শানৌ নচিল ননাওদি চক লাংওন মরিমাদা
সনা কোললু থাউথাবী কাচেং কোংহিং কাদবী। ৫॥

---

লৌক্তা ঈশৈ শক্ল-শক্লা লৌকারকপদা ইচা নিপা মুপিশিংবু ওক্লবা পিজ-পিথক তৌনবা কোখা কাউথূম তানখিসি। য়ুম্নুরেন ওইরবা ইবুং ইপূব্রা অচৌবশিংদা পিজনবা থমচেৎ, থম্বাল, থরো হেক্লবা থৌরাংসি হায়না হেক্লে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা শোবোন য়াইরেন চম্নু ইবেম্মা! ননাই ওইবা ঐখোয় তাইবং মীওইবা থরায় পানবা পূম্নমকপু অচান মীরায়, মীচঙ মীথায় নাই-দনা খোজানবিরিবী লাইরেম্মা নঙগা নশানৌ তমকাতোন নিংথোগী মচা অতোনবীগা নচিন ননাওদি যুগ ৪ মক্তা লাংওন হৌদুনা পোক্লগা কোল্লুদা থাউ শুম্বদা অতৎ-অথম নাইদনা ওরো-ওরো খোকপগুম অরাৎ-অপা লৈতনা চানবা-শেৎমবু খোকহনবিরিবী, অমকপা, লৈতবী কোহ্লিং কাদবা থাঙগুম মক্তবী অশেংবী অরংবী॥ ৫॥

ঙমপা চেংলৌ শকপানথোং অনিমাবু
সুন্না লাংচেং মথোক কান্নকপবু য়োইনা পানকবী ।
সানৌ নচিল-ননাওনা নন্নম থুন্নাই থুনকমলেন
খানলৈ অচনবা অসিদা ।
সুমিৎ অনি থোকপগুম থবী অনি পানবগুম
নপল নোংবাল অঙন্বা মন্নিমনাক্তা
চেঙজাতুগুম্ববু লেপ্না থিল্লিবী সানৌ নচিল ননাওবু
চীংঙ্ নলমবু থোইন্নম নমাইবা ঐথোন্ননা
চীংঙ্ নতিক অরুববু তেংথাঙমদে হান্নবগী অথি-থিবিগনু ॥ ৬ ॥

---

নিংথৌগী মচা ইবেম্মা ! নিঙথিজন্নবী শক্তম অনিমক্না চাউন্নক শাংলক্লদুনা মথোৎ কান্নক্লবদা মনিংতম্না পাল্লিবী নচিল ননাওনা নপাবুংগী মন্নম্‌দম্‌ন নখোয়গী নন্নম ওইন্নবা থুন্নাই থুনকম অকবা, লৌকম অশেংবা অসিদা সুমিৎ অনি থোকপগুম থা অনি থোকপগুম থাব্রাংননা থোক্লকপদি মতিক মগুন চাউন্নবা নপাবুং ইবুংঙো অঙোম নিংথৌগী মমুমদা অন্নাৎ অপা লৈতনা চেচৈথিনবা অদুগুম্না য়েংলুবদা অন্নাৎ অপা লৈতবী সানৌ নচিন-ননাও অনিমক্কী থৌগলজবা লমবু অমসুং থোইমোম নঙগী থৌগনবা মাইবা ওইজবা ঐথোন্ননচিংনা থৌগনজদুনা চীংঙ্ থোইন্নম নখোয়গী নতিক নগুণ অচৌবা, ন্নাখলনা লাম্বা কংদ্রবা লৈয়েংনা হান্নদোকপা ঙমদ্রবা চীংঙ্ নতিক পুন্নমকপু তেংথা ঙমদবগী তাথিবিগনু য়েংশিনবিগনু ॥ ৬ ॥

কাওরেল শনথোয়াঙবা মিৎয়েংননা থময়েংনবিগনু।
চৈংঙু অথি নংনা তেমবিয়ু।
হে লাইরেম্মা ইবেম্মা ইয়ু ন্লোংখাল-নৈ
হোঙনেম নৈপুনসিবু
শিঙলেন তোংদম-পুন নৈরাং খয়োম শানা
ইমায় নোংনেম লাইনা পাংবরম
থোঙলেন ইমান। নমান কৌবা চৈংথংলাংদা
হম্রি-হয়া লাউনা কোনশিল্লমগে
হে হয়া লো-লি-ও ॥ ৭ ॥

---

মখোঙ য়াঙবা থবক ফবা কাওরেন অতুগা শনবী শম্নাউ পুম্নমকপু ফঙবা মিৎয়েং চঙবিগনু। য়েথাই থিনথাইবা পুম্নমকপুসু ঙাকথোকপিয়ু অকনবা মিৎয়েংনা য়েংবিগনু। ঐথোয়না তাইবং ওইবদগী পঙহনা লানথিবা নৈবা পুম্নমকসু ঙাকপিয়ু। হে লাই-রেম্মা ইবেম্মা ইবুধৌ ওইবা অঙোম শলাইগী মপু পুনশিববু হোঙ-নেম্বদা পুনশি-নবা কচ্চবা নৈনা শিঙেল নৈরাং মপুল পুম্না ময়োম য়োম্লগা শেমজবা নৈসি, ইমায় অরাং পাংনা ওল্লগা কোয়ৌ অরাংবদা নৈবা তাইবংগী য়াংমদা নৈবা লাইগী থোঙদা চঙজরগা পুম্নমকী মবুংঙো ওইবা কৌবা চৈংথং লাংদা ইপা-ইমানি থগ্গহনা ইচিন্দা শোল্লগা থরায়বু কোল্লগে। হে হয়া ইমা ইপা লৌবিয়ু। ৭ ॥



## লেখকী ফোঙগ্রবশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১ | পাখংবা কম্বাল | — ১.৫০ |
| ২ | পোক্তৈরেংতোন খুম্হোকপা | — ৩.৭৫ |
| ৩ | মৈকৌরোন শাকোক | — ২.৫০ |
| ৪ | নোংপোক লয়কৌ-চৌং | — ০.৫০ |
| ৫ | থাংজিং চীঙ্গোইবা | — ০.৪০ |

লাইরিক ফংফম :—

রাজ ষ্টোর, পাউনা বাজার অমসুং অইবদগী